# শ্রীগোবিন্দ নির্পণ

ইরবা :—

শ্রীবাচস্পতি ময়ুম খম্বৌ শর্ম্মা

জ্যোতিষার্ণব।

খাগেম্পল্লি পন্থক ইম্ফাল।

# শ্রীগোবিন্দ নির্পণ

ইকবা :—

শ্রীবাচস্পতি ময়ুম থম্বো শর্মা।
জ্যোতিষার্ণব।
খাগেম্পল্লি [illegible] ইক্কাস।

মমল :— লুপা ৮-০



TO WHOM IT MAY CONCERN

This is to certify that Shri B. Thambou Sharma, Jotisharnava S/o late B. Madhop Sharma of Khagempali Imphal aged about 62 years is personally known to me. I know that he is a very good writer and also a good astrologer. His predictions are generally good. I know nothing against him politically.

| | |
|---|---|
| *Signature* | *Signature* |
| M. D Tyagi | L. Sonamani Singh |
| Secretary Education | Joint Secretary |
| Govt. of Manipur | Govt. of Manipur |
| 3/6/77 | 27/8/75 |

# য়াহৌদোক

বৈষ্ণৱশিংগী প্রেম-ভক্তি পাকপা অমসুং সাধকশিংনা মাথং নাম কা পুক্লিং ঌংনা শ্রীকৃষ্ণ ভজন তৌবিনবা কাইবাদা শ্রীগোবিন্দগী অনুস্থান তীর্থ থংনবা "শ্রীশ্রীগোবিন্দাশ্রম" অমা লেমজরে। হন্দক্কী আশ্রম অসি উমং অমসুং লৈকায় হায়বা পুন্থনা শ্রীগোবিন্দার আবির্ভাব ওইখিবা উমংশি হায়রব থংনবা শ্রীশ্রীগোবিন্দাশ্রম হাইবা থোক্লবনি। শ্রীযুক্ত রাজকুমার সেতু সিংহ এল, আর, ও না এল, সেঃ নং ১৪৩, তাং ২৯।৮।৩২ ইংদা পান্দুনা শ্রীযুক্ত ক্যাপ্টেন হাভি প্রেসিডেন্টনা ম.দা যুম্ম হুদ্রপা পি, এম, এস, ডি, মেমো নং ৪১৪৭; তাং ১।১২।৩০ ইংদা অশ্রম লেমগদবয়াক্কী হাইনা তাকপিরকতুনা রেভিনিউ বাকে নং ৩৭১ শাক ১৯-৪০-৩৬ ইংদা আশ্রম লেম্বা হুকুম পি। অতুগী মতুংদা শ্রীযুক্ত মইরাংথেম চন্দ্র সিংহ পণ্ডিতপু লোকপিরম্বা শ্রীযুক্ত থাবল সিংহ পণ্ডিত আচৌবনা তাং ২৯।১১।১৯৩৫ ইংদা লৈথিদবা অতুদা মকাই মকাই তৌদুনা মতম থম লৈরগা শয়ং চন্দ্র বক্সা এল, এস, ও,না রেভি বাকে নং-১৫৭।১৯৩৯-৪০ ইংদা হুকুম পিখিবে, অতুদগী আশ্রম লেমদা য়াম্না য়ানা মখাযক্কা হোৎনদুনা শাংথোকপনি। শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ পণ্ডিত ওঝাবু হয়া হয়া থাগৎচরী।

হাইরিবা থবক অসি পাংথোক্নবা হোৎনবা চংশদা শ্রীগুরুদেবা মদু। ঐহ্ ওঝাগী তুং ইন্দুনা চংশদা অথংবা মথৈ ঐহাক্না চেদা ইন্দুনা থমজহৌবনী, মতম অদুদা ঐহাক থাংমন মথাদা ওঝাগী মমদা লৈদুনা তুংইন্দুনা চংশদগী থংজবনী।

শ্রীবাচস্পতি ময়ুম থম্বো শর্মা
জ্যোতিষার্ণব
থাংমৈবন্দী।

# ভাগ্যচন্দ্রগী কা

## ( ফমুং ময়াদা আখা, কুরঙ্গনয়ন )

কুরঙ্গ—দয়াময় ! হে, গৌজানগী মপক ওইরবা প্রভু ! হুপীমচা ওইবা ঐগী লৌখুপ কোকোই লৈত্রবা থম্মোইসে, মনা চাম্বা পানবা থম্মালগী শরুক শিন্দুনা ইবুংঙো ! নংগী চরণদা কৎচরি। মিংলু অসিদগী শিঙ্গরকপা ঊয়ানা নংগী চরণ শেংজরি। থম্মোইগী পুষ্পাঞ্জলী, মিংলুগী অঙ্গ শুঙ্গি অসিগী মতুম কৎচনিংঙাই লৈজাদে ত্তোমবিগী ! নংবু নিংনবা ভক্তিগী লমম্নু থংজদে, শেংলবা থম্মোই, নুংবা প্রেমগী ঈয়া, অসি অসি নংগী চরণদা কৎচরী। ঙসি হুংশি লৈত্রবা অরাবগী মৈথক অসিদগী ইপাবু অনুকম্পা কনবিয়ু।

আখা—ঐগী ইবুংঙোনা কপিরবা মতুং ইন্না, মাগী যাথং ইঙ্গুনা ইবুংঙো নংগী নাম কাওজদনা নংঙোন্দা চংজরি। বায়বা কান্দা নং কোজবা নত্তনা, নংগী নামবু শেংনজবা নত্তন অংগাঙ্গা পতি লৈতদে। অরবগী সমদ্র ময়াইদা লমথুংকম থংদনা লাকুবদা, অমুক অরাবগী নং হুংসিং নংলবা হিক্লাওসে লমখাংদা ইয়াকুহুনা ম.ংহনবিয়গনু। ( মচুংদা ) "জয় ! মহারজ জয়সিংহগী জয়। জয় ! মহারাজ জয়-সিংহগী জয়"

আখ করিনো? করিনো? ঐগী ইবুংঙোবু অদাবা তারত্রা মহারাজ ! মহারাজ ( তুথিবা )

কুরঙ্গ জয়সিংহ ! কনগী মিংনো ? কমানা জং ওইরিবা ভগ্যাউগী মিং জয়সিংহ কৌরবরা ! শায়না ইপাগী প্রাণ লৌথিহুনা জয়সিংহগী মিংবা থুংহনা জয় লাউথিবরা ?

মপান্দ.—জয় মহারাজ জয়সিংহগী জয়। জয় মহারজ জয়সিংহগী জয় !

আথা—মহারাজ! মহারাজ! (চেন্দুনা ছুনা)

কুরঙ্গ—করিনো? করিনো? ইমা! ইমা! (তাক্‌হুনা কোনবা)

নিত্যাই পাবুংদি?

নিত্যাই—পাবুংনা জয় ওইরে। শান্তি ফারে।

কুরঙ্গ—পাবুংনা জয় ওইরে, শান্তি ফারে।

কোথাউনা পাবুংবু জয় সিংহ হাইবা মিংথোন পিরে। মনা মথুমহ

মঙ্গ পিরে।

আথা অমসুং নিত্যাই শ্রীমুং ওকপা মপান্দা থোকখিবা।

মসিদা শান্তি ফাবগী মতাং লোইরে।

---

# শ্রীশ্রীগোবিন্দাশ্রম ।

—{ * }—

কাইনা ।

চিঙনা কোয়ন কোল্লিব,
লোক্‌ন লয়ন লৈরিব,
থেঙ্‌ নমদা তাব পুঙ.
লাথায় ফান্‌দোং কোব চিঙ
শ্রীগোবিন্দন লাংঙন্‌ফম্‌,
খয়বোঙ লৈহাউন ঙাক্লফম্‌,
হয়নো সথান থৌগলবাই,
ইপা ইবুংঙোগি নিঙজবাই,
মণিপুর লাইজ ঈপাক্‌কি
ভাগ্যচন্দ্র বৈষ্ণব ঈফুৎকি.
প্রেমভক্তি ঈহওফম্‌বু থঙনব,
লেংজগে শ্রীগোবিন্দাশ্রম্‌ লৈরাংবু ॥

মনিপুরদ হিন্দুগি অথোইব তীর্থ অমা লৈ হায়ব অদু শ্রীগোবিন্দাশ্রমন তশেন তাকলি। শ্রীগোবিন্দন মণিপুরদ আবির্ভাব ওইখিব উমং অদু শ্রীগোবিন্দাশ্রম হায়রিবা অসিনি। অয়ামব মীম আশ্রম অসিবু কাইনা হায়রগ খঙনরে। মকম অসি অহানবদ লাথায় কানদোংচিঙ কোয়রমমি। অদুদগি লংমাই মিংথৌ চিঙথৈরাকপন মচানীপা পুয়াবদু তাম্বোকপ মতমদ

পুরাবন মফম অসিদ রাবনিংথৌ ফাহুম মহাককি লৈফম শেমহনখিবদগি রাবনিংথৌবু কা মা চুনহুন (ফাহুম) শেমহনব খুনখি হায়রুন কাইনা কৌনখি। মফম অসি ভাসমুখ গিরিস্তু কৌই। হিন্দুগী তীর্থস্থান ওইব মফম অসি লিশম লোককি চিঙথোঙদ থেল ওইনা থৌব তোংতকপ মফম অহুদ লৈ।

তীর্থস্থান অসিন অরংদ পোইরৌচিঙ নোংপোক নোংচুপ মথাদ লিশম লোককি চিঙশাংন কোয়রুন লৈকা ওইরগ থেমন লৈমায় ওই, উপাননা লৈরিক ওইরুন নুমিৎলৈগুম ঙমিংক মায়োক্লন চাংশোইরি। কুম্ভমেলাগি মশক ওইব তোংতকপ চিঙদোঙ অসিদ যোগপীঠ ওইরুন শ্রীগোবিন্দন থয়বোঙগি মশক ওইরুন মণিপুরদ ফাওখি। যোগপীঠ অসিগি লৈকা ওইরুনা চয়নৌনা সর্বা কয়ান কোয়ন থৌগল তৌরগ গোপশিরোমণি রাসেশ্বরীন শ্রীকৃষ্ণগি ঐশ্বর্য্য উংপগুম লৈহাউ লৈশং পাস্মীন লৈচু অহুম শাত্তুন ইবুংঙোগি ঐশ্বর্য্য উংনা চংস্নোইরি।

লৈহাউগি নাকন্দ লুরব ঈসংগি ঈফুং অমা লৈ। মাসিবু কনান লাইখুল, কনান স্নুরুং কনা অমন শ্রীগোবিন্দন ফাওব মতমদগি লৈরকলবনি হায়রুন গোবিন্দকুণ্ডস্নু হায়রৈ। মসি পুম্ননক হায়নিঙব অমা হায়জসনু, ঐথোয়না মাসিবু প্রেমকুণ্ড কৌজরে। মরমদি ঈসিং অসি মরু য়াওদন থেলগি ময়াদ লৈহাউ মনাক্ত ফাওব ঈফুংনি। মাগী ফিভম অসি য়েংবদা থোকপদি শ্রীগোবিন্দন নিরূপণ তৌপ্পুবন শ্রীমতি রাধিকা থাইনব মতমদ ইবুংঙো ইবেম্মগী প্রেমগী পিন ওইখিবগি মতানি। অমরোমদ

থংপা ইবুংঙোগিদসু ইবেম্মন রাজ্যম মতুংদগী মতংদ থোকপ খুদম অমুগি সাক্ষী ওইনা ইবেম্মগী প্রেমগী ঈফুংনা হায়রবসুম সুক্ট। মসমক পদকর্ত্তা নৃপতি শিবসিংহন ইবেম্মগী মতুংদা অসুম ইরি ঃ—

নদী বহে নয়নক নীরে।
পঙ্কিল পড়ল তছু তীরে॥

মসি অসুম তৌনা বৃন্দাবনগী প্রেম সরোবরসু রাধা কৃষ্ণ অনী খাইনবগী প্রেমগী পিন ওইখি হায়না ইরি :—

প্রেম সরোবর দেবে কিশোরী কিশোর।
সংকেত মিলন হইল গগনে জোকোর॥
বিচ্ছেদ কালে দোঁহার নয়ন ঝরিল।
তাহাতে সুন্দর সরোবর জনমিল॥

মরম অসিনা ঈফুং অসি রাধাকৃষ্ণগী প্রেমকুণ্ড হায়না অতৈ ওংক্ষম থোকে। শ্রীগোবিন্দ নিরূপনগী মতমদ ইবেম্ম রাওখি-দবগী বা লৈহাউ পান্থৌগী মতাংদ ইজরকনি।

প্রেমকুণ্ডগী অরাংদা লৈহাউ পান্থৌগী কৌক্র পাংবদা লাইগী শিংথো পাখংনগী খুভম লৈ। লৈহাউগী মোংচুপ্তা চিঙতেক অমা কারণ হয়বী পান্থৌ অমগী মমাক্ক মুঙ অমা লৈ। মুঙ অসিবু পোৎ হোল্লি হায়রদুনা অয়াম্ব মীনা কুকামবী হায়না খঙলে। যোগপীঠ অসিগী কৌক্র পাংব চিঙখোঙদ সনাখোংমাং পান্থৌ অমা লৈ। মাগী মখোঙদ পুখ্রি অমা লৈ। পুখ্রি অসি শ্রীযুক্ত জয়সিংহ মহারাজন তঙ্গরগনি। মাসিবু গোবিন্দ সরোবর কৌই। মাসিগী কৌক্র পাংবদ গোপীচন্দন অমুগ মৈরম

পাংবদ লৈঙাঙ থোকই। মাগি লৈঙাঙ অসি মণিপুরদ কাইনাগি লৈঙাঙ হায়ন ফাওই। মরম অচুদগি পুথি, অসিবু চন্দন থোকপী অমদি লৈঙাঙ পোকপীস্থ কৌবে।

যোগপীঠ অ'সগি খা পাংব মায়কৈদগি অরাং চিঙথৈ পাংব কাইন ঈন, সূর্য্যতনয়া যমুনাগি ব্রজমণ্ডলবু কোয়শিনবগুম থেকন থোয়ন চেন্দুন কুম্বী ক'লেন অনীমক্ত তীর্থস্থান অসীগি অশেংব মতৌ উংচরি। পীক্রুব ঈচেল অসিনা বসন্তগি মতমদ উনা রানা অমৌবন থোংন মৌনা আশ্রমগি লৈতেং ওইরক্লুবদ মোকমি মোকমি তৌহুন পাপীশিংগি পুকচেল পেংহল্লি, বৈষ্ণবশিংগি পুক্লিঙ থগেংল। শরৎ ঋতুগি মমাঙদ ঈথক ঈপোমগ লোয়নন থোঞ্জেল রাংন লাউহুন পুকচেল ফত্তব কাঙবুদ অকিব শকফম উংলগ সাধু বৈষ্ণব খিবিক্ত মোযোম নোকপ মিংয়েংন আশ্রমগি অচৌকপ য়েংজহো হায়ন তাকপিরি।

---

## মণিপুরদ শ্রীগোবিন্দন করম ফাওগনি

শ্রীগোবিন্দন মণিপুরদ আবির্ভাব ওইখি হায়ব অসিদ মৈতৈ তম হায়নিঙহুন হায়জিনবগুমম কনাগুমব মীন চিংনব য়াই নরমদি যামলুনচিংব লাইরিক্ত শ্রীগোবিন্দন বৃন্দাবন থাদোক্তুব করিগুমব মকম অমদ লেংথোক্তে হায়রি।:—

কৃষ্ণোঽন্যো যদুসম্ভূতো যস্তু গোপেন্দ্রনন্দনঃ।
বৃন্দাবনং পরিত্যজ্য স কচিন্নৈব গচ্ছতি ॥

শ্লোক অসিগি অর্থ য়েংলবদি শ্রীকৃষ্ণ অনীশুব তারি। মাসিদ ঐখোয়্না হায়্জরিবন কৃষ্ণ অনী শুদে, থবকু থবকুকি মতুং ইন্না লিঙ্ক্লি লিঙ্ক্লিব মীগি মপুকু পেন্নব মশক্ লখা অমা ওইরক্লি। অদুংকি মপু কৃষ্ণগি বাদি থম্খো, কনাগুম্বা শিন্ফম য়ামদ নীপা অমবু কনাম মাইব, কনাম ইসৈ হৃমব, কনাম সংলাকুপ কোনার মগী অদুগুম্না মান মান লিঙ্বা মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণগি মমিং লোংব অমম্নুং মশক হোংবতনি। শ্লোকশদি ওইনিংবত্ত ওইব ওম্বা মপুনি। মাদুদিঃ—

দেবা মনুষ্যাঃ পশবঃ পক্ষিবৃক্ষসরীসৃপাঃ।
রূপমেতদনন্তস্য বিষ্ণোর্ভিন্নমিব স্থিতম্ ॥ ৪৭। বিষ্ণুপুরান্।

করিগুম্বা ব্রজরাজ নন্দনন অমা অদুগ যদুবংশদ গোকুপ কৃষ্ণন অমা ওইহুম্লুন দ্বিকৃষ্ণবাদী ওইন থন্দুন কৃষ্ণ অমী শুহল্লবদি শ্রীদাম্গি শাপ্তাগি ইবুংঙো ইবেম্মন চহী চাম কারনক্রগ প্রভাস তীর্থদ উনখিব অসি উনবরোই। অদুগ কুও অহতনি অমীশুদে হায়্বগি প্রমাণ অদু শ্রীরূপ গোস্বামীন ও.ভাস হিলনগি ইবদ ইবেম্মন হায়খিব অদুমকু ইরি।

প্রিয়ঃ সোঽয়ং সহচরি ! কুরুক্ষেত্রমিলিত-
স্তথাহং সা রাধা তদিদমুভয়োঃ সঙ্গম সুখম্।
তথাপ্যন্তঃ খেলন্মধুর-মুরলী-পঞ্চমজুষে
মনো মে কালিন্দী পুলিন বিপিনায় স্পৃহয়তি।

অস্থুম তৌন কৃষ্ণ অমী শুদবগি প্রমাণ কয়া লৈরি। অদুগ বৃন্দাবন থাদোক্তে হায়্রগ বৃন্দাবন অমত ওইন থন্বস্থ চুম্‌দে। করিন কৃষ্ণগি শ্রীমুখমকুন তাক্পিরম্‌ব মতুং ইন্‌ন বৃন্দাবন মথল্ মগা শুই হায়্‌নরি। মাদুদি:—ভু বৃন্দাবন, নিত্যবৃন্দাবন ভগবৎ গোষ্ঠবৃন্দাবন, ভগবদ্ভক্ত বৃন্দাবন, তুল্‌সী কানন বৃন্দাবন মগা অসিনি।

মসিগি মনুংদ ভু বৃন্দাবন হায়বদি মী পুম্নমক্ক খঙ্‌নরিব মথুরা জেলাগি মনুংদ লৈব ব্রজবৃন্দাবন অসিনি। মফম্ অসি মাবু হান্‌ব লৈত্রব চিন্ময়ভাবতন লৈঃতংব ইবুংঙো ইবেম্মাগি অথোইব মফম্‌নি।

অদুগ নিত্যবৃন্দাবন হায়্‌বন অনন্ত কোটি ব্রহ্মাণ্ডগি তুংনফম ওইব বিরজা তুরেন্‌ন হায়বদি কারণার্ণব সমুদ্রগী থাঙ্‌মপাং ওইন কোয়্‌রিব বৈকুণ্ঠগি মথক্তা লৈব গোলোক্ ধাম্‌গি কোন্নুং অদুবু নিত্যবৃন্দাবন কৌই। মফম্ অসি রাধাকৃষ্ণ অনীমক্কি অথুপ্প লীলা শানব মফম্‌নি।

অদুগ ভগভৎ গোষ্ঠবৃন্দাবন কৌবদি কৃষ্ণগি মনাই বৈষ্ণবশিংন কৃষ্ণগি গুণ শোল্লিব, হরি সংকীর্ত্তন তৌরিব মফম্ অদুবু কৌই। মফম্ অসি কৃষ্ণন পামজব মফম্‌নি হায়্‌ন শ্রীমুখ-মকুন তাক্পিরমই।

নাহং তিষ্ঠামি বৈকুণ্ঠে যোগিনং হৃদয়ে ন চ।
মদ্ভক্তাঃ যত্র গায়ন্তি তত্র তিষ্ঠামি নারদ॥

অদুগ কৃষ্ণগি মনাই ভক্তশিং অদুমক্পু ভগবদ্ভক্ত বৃন্দাবন কৌই।

অসিগুম্ব ভগবদ্ভক্ত বৃন্দাবন অসিদি শ্রীকৃষ্ণন থাব ডমক্রব, প্রাণমক্ক থায়রব মফম্ অমনি। মরম অদুন শ্রীমুখমক্ন ভক্তগি থম্মোইদগি লেঙ্থোক্তে, হায়্না তাক্পিখ্রে।

সাধবো হৃদয়ং মহ্যং সাধুনাং হৃদয়ন্ত্বহং।
মদন্যত্তে ন জানন্তি নাহং তেভ্যো মনাগপি।।

অদুগ তুলসী পাম্নীন হৌরিবা মফম অদুবু তুলসী কানন বৃন্দাবন কৌই

তুলসী কাননং যত্র তত্র বৃন্দাবনং স্মৃতং।

মাসিদ কনাগুম্ব থাজদব অমন হায়রক্প য়াই, কৃষ্ণন বৃন্দাবন থদোক্তুনা লেঙদেস্তু হায়রি অদুগ বৃন্দাবন মঙাগি য়াস্তু লৈরে, অদুনদি কৃষ্ণস্তু মঙাগুব তারে। অদু ওইরবস্তু ঐথোয়না হায়্জরিবসিদ করিস্তু কায়্দে। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ-গুমবা বৈষ্ণবন লৈব অদুগা হরিসংকীর্ত্তনগি ইথক্ তত্তন কারিব মণিপুরদা করম্ন শ্রীগোবিন্দন ফাওবিরোইদব লৈবগে ?

অদুগ শ্রীকৃষ্ণন "বৃন্দাবনং পরিত্যজ্য পাদমেকং ন গচ্ছতি" হায়্দুন খোঙ্কম্ অমত চৎথোক্তে হায়রিব অসিদ কৃষ্ণন থাদোক্তব বৃন্দাবন অদু করম্বনো হায়ব থঙ্দনদি মথক্ত হায়থিব বৃন্দাবনশিং অসিগি য়াস্তু অয়েস্বনি, ভাগ্যচন্দ্রগুমব বৈষ্ণব লিশিঙ অমা লৈদুনস্তু, হরিসংকীর্ত্তন লথা তৌদুনস্তু মণিপুরদ শ্রীগোবিন্দ ফাওকম্ থোক্তে। মরম অসিন অহান্বদ কৃষ্ণন থাদোক্তে হায়রিব বৃন্দাবন অদু করম্বনো হায়ব অদু থিব তাই। করিনা কৃষ্ণন বৃন্দাবনগি খোঙ্কম্ অমত

লেঙ্‌থোক্‌ত্রবদি মতম মতমগি মতুং ইন্‌ন থোদোক্‌. থোদে কি মক্ষম্‌ মক্ষম্‌দ ইবুংঙোন অবতার তৌই হায়্‌ন শাস্ত্রন লাউ-রিব অসি লান্‌বা তাই। মাহুমক্‌ শ্রীকৃষ্ণন মনাই অর্জ্জুনদ তাক্‌খি। মাহুদি :—

যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত।
অভ্যুত্থানমধর্ম্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম্‌। ৭ ॥
পরিত্রাণায় সাধূনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্‌।
ধর্ম্মসংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে। ৮ ॥ গীতা।

শ্রীকৃষ্ণন তাক্‌পিরিব বা অসি ঙম্মেংলবদি কৃষ্ণন মথক্ক হায়খিব বৃন্দাবন মঙ্গা অসিদি থাদোক্‌প তারে। অজুনদ যামলগি "স কচিন্নৈব গচ্ছতি" হায়ব অসিগি অর্থদ ঙমংব তারে। "কচিন্নৈব গচ্ছতি" হায়বদি "করিগুম্বদসু চৎথোক্তে" হায়ব তাই। অদু নত্রবদি সাধু ম্নোকপ, ধর্ম্ম ঙাক্‌পনচিংব থবক্‌ পুম্নমক্‌ অসি তোক্‌পা তাই। মরম্‌ অসিন মায়কে অনীমক মুন্‌ন থল্লগা থোক্‌পদি শ্রীকৃষ্ণব শ্রীমতি রাধিকা থাদোক্তব থোঙ্‌কম্‌ অমত্ত লেঙ্‌থোকতে অমসুং অবতার তৌদে হায়বনি। মসিসু প্রমাণ লৈরি মাহুদি :—

এবং যথা জগৎস্বামী দেবদেবো জনার্দ্দনঃ।
অবতারং করোত্যেষ তথা শ্রীস্তৎসহায়িনী ॥ বিষ্ণুপুরাণ।

অদুগ নারদ পঞ্চরাত্র অমসুং ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণদ শ্রীমতি রাধিকাবু বৃন্দা কৌই, অদুগা ইবেম্মা ফাল্গুন শানরিব মফম্‌ অদুবু বৃন্দাবন কৌই হায়রি।

বৃন্দারণ্যপ্রিয়া বৃন্দা বৃন্দাবন বিলাসিনী।
বিলাসিনী বৈষ্ণবী চ ব্রহ্মলোক প্রতিষ্ঠিতা। ২৭ ॥
রাধা ষোড়শ নাম্নাঞ্চ বৃন্দা নাম শ্রুতৌ শ্রুতম্।
তস্যাঃ ক্রীড়াবনং রম্যং তেন বৃন্দাবনং স্মৃতম্। ২৮ ॥

অদুগ পাদ্মগি মতাংদা বৃন্দাবন হায়বা অসি শ্রীগোবিন্দগি হক্চাংদগি তোঙডান্নবী শ্রীমতি রাধিকাবুক্নি হায়রি। মাদুদি :—

রাধাষোড়শ নাম্নাঞ্চ বৃন্দা নাম শ্রুতৌ শ্রুতম্।
তস্যা রম্যবনং গোপ্যং তেন বৃন্দাবনং স্মৃতম্। ২৯ ॥
অক্ষরং নিত্যানন্দং গোবিন্দস্থানমব্যয়ম্।
গোবিন্দ দেহতে ইভিন্নং পূর্ণব্রহ্ম সুখাশ্রয়ম্। ৩০ ॥

মরম্ অসিন শ্রীকৃষ্ণন থাদোক্লে হায়বা বৃন্দাবন অদু শ্রীমতি রাধিকাগি ফাওদুনা লৈরু লৈরুব, ইবেম্মাগি শাসকম্ বৃন্দাবন অদুবু ওইব তারে। অদুগা শ্রীমুখন মনাই অর্জ্জুনদ তাক্পিখিব রা অদু কায়রে।

মাসি মক্কদ কনাগুম্বা মীদ অমুক্ হায়্রকপ য়ারি, "ইবেম্মা লৈব মফম্না বৃন্দাবনি হায়বা অদু য়ারগে। মণিপুরগি বৃন্দাবনদ হাওনাইবা লৈব কাইনা অসি ওইব তারে। মফম অসি মতম মফম্ অতৈদগি ইবুংঙোন ফাওব য়াগ্রা? চুম্ই হন্দক শ্রীগোবিন্দন কাইনাদ ফাওরব অসি মরম্ লৈদুনা ফাওবনি। চিঙ্ অসিদ লৈরিব হাও অসি চুম্নগি হাও নত্তে মহাদেবগি কৈবাক্তগি তাথোকতুনা শাখিব কিরাত হায়বা জাং অদুনি। কিরাত হায়বা অসিমক মহাদেববু খঙনৈ।

অহুম মনাই বৈষ্ণবন লৈব লমদ শ্রীকৃষ্ণদি ফাঙ্গদবমক্নি। অহুগ মণিপুরদ লৈরিব চিঙ পুম্নমক্ অসি মশক নাইব তীর্থ মফম ওাক্তনি হায়ন শাস্ত্রীরি তীর্থ বর্ণন তৌব মতম্দ হায়খ্রে। মাসুদিঃ-

বিদ্যাধরং সগান্ধর্ব্বং শ্রীতীর্থং ব্রহ্ম পাইহ দম্।
সাতীর্থং লোকপালাখ্যং মণিপুরগিরিস্তথা। ২০। ব্রহ্মপুরাণ।

অসিগুম্ব মশক্ পম্ব তীর্থ ওইব মণিপুরগি চিঙ পুম্নমককি মনুংদ মায়কৈ অহুমদ স্নরুং লৈব, রাসমণ্ডলমচিংব লাইফম চানকুম্ভ্রাঙরুক্ক লৈরেংব নোংমাইজিংন চিঙগি নিংথৌনি। কাইনা চিঙ নোংমাইজিঙগী চিঙশানি।

অহুগ মথক্ক ইজখিব মৈতৈ পুরাণগি রাদ কাইনগি মমিং থোক্নবদ "রাব" "নিংথৌ" রাহয় অনী অসি য়াওরি। মাসিদ "রাব" হায়ব অসি থ্বাইন খওনরবদি লমদ্রেনগুমব উচক অহুবুনি। তৌইগুম্বসুং আধ্যাত্মিককি মরম ইব মৈতৈগি লাইরিক "থংঙোই য়াংঙোই", "শিংদবুং জ্ঞান" মচিংবগি রা য়েংলবদি মুংশিংপু রাব কৌই। মরম অসিন "রাব নিংথৌ" হায়ব অসি থরায়বু হায়বনি। অহুগা কাইনা অসিগি অর্থসু থরায় ফাব মফম হায়বনি। অসিগুমব অশেংব অমসুং তীর্থ ওইব মফম য়েংহুন ইবুংঙোন কাইনদ পোক্লবনি।

মসিদ কনাগুম্বন অমুকসু হায়নিঙব য়াঙগনি। "কাইনাদ অবতার তৌখিবদি শ্রীগোবিন্দন থয়বোঙগি মশক ওইন তৌখিব অহুদনি, ইবেম্মদি য়াওখিদে। অহুম করমন কাইনাবু মণিপুরগি

বৃন্দাবন ওইহন্দুন ইবুংঙোম লেঙলক্কদবগে ?” মাসিগি ৱাদি মতু'দ লৈহাউ লৈশংগি মত'ংদ ইবেম য়াওবগি ৱা ফংবিগনি। শ্রীগোবিন্দন ফাওখিব্র কাইনাবু বৃন্দাবননি হায়ৱবদ করি অমত চিঙনবিফম লৈতে।

হন্দক্ শ্রীগোবিন্দন মণিপুরদ থয়বে'ঙ ওইন অবতার তৌরিব অসি মণিপুরগি মনাই বৈষ্ণবশিংগি ধর্ম্মগি অরাব ৱোকহন্দুন মঙ্গল পীবিগে হায়বগিদমক ফাওরব'নি। শ্রীকৃষ্ণদি মনাইশিংগি কান্নগদব লৈরবদি অবতার তৌহুন য়াইফনব হেংনবি। মাহুমক অস্থমন হায়রি ঃ—

নৃণাং নিঃশ্রেয় সার্থায় ব্যক্তির্ভগবতো নৃপ।

অব্যয়স্যাপ্রমেয়স্য নির্গুণস্য গুণাত্মনঃ। ১৪ ॥ শ্রীমদ্ভাগবত।

মরম অসিন রামায়েত ধর্ম্মগ গৌরধর্ম্মগ অনীগি ৱাথোকন মণিপুরদ মপা মচা য়েংনম্রব, লৈবাকফি অরাব তারব মতম অহুদ কৃষ্ণন করমন অবতার তৌরোইদব লৈবগে ? শ্রীকৃষ্ণদি ধর্ম্ম মাঙব, সাধু শোকপা য়াদব ইবুংঙোনি। মাহুমক ইবুংঙোন মনাই অর্জ্জুনদ তাকপিখ্র।

যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত।

অভ্যুত্থানমধর্ম্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম্। ৭ ॥

পরিত্রাণায় সাধুনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্।

ধর্ম্মসংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে। ৮ ॥ গীতা।

মরম পুম্নমক অসি লৈবন শ্রীগোবিন্দন অরেপ্প ধর্ম্ম অমা তাকপিহুন মনাই বৈষ্ণবকি মঙ্গল ওইনব মণিপুরদ ফাওরবনি।

——0——

# থম্বোঙ

শ্রীগোবিন্দন কাইনাদ অবতার তৌখিব অসি থম্বোঙ্, পাম্বী ওইনা অবতার তৌখিবনি। মহাহ শ্রীযুক্ত জয়সিংহ মহারাজন তেঙ্খাউদা লৈবা মতম্দ শ্রীগোবিন্দন মঙ্দা তাকপিরম্বা মতুংইন্না শকাব্দ ১৭০১ দ নিরূপণ তৌহুনা সেবা চংলে। মতম অদুদগি হৌনা ঙসি ফাওবা লৈবাক্কি লাই ওইনা পাল্লি পাল্লিবা ফিংথোনা সেবা চংচরি।

অদুগ হৌজিক শ্রীগোবিন্দাশ্রমদ থাম্নগ শ্রীগোবিন্দন হৌরম্বা মফম্ অহুমকুদ থম্বোঙ্ অমা হওরি। মাসিস্তু শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌখিবা থম্বোঙ্ পাম্বী অহুম্না কনাগুম্বা অমন থাক্তবা নত্তনা মথন্তা হওরকপনি। উ অসি চাউরাক্তা চহী চাম্বরোম শুংগনি। মহাক্কি মথক্তা হওরকপ অসিদগি অয়াম্বা মীন মাসিবুস্তু লাইনি গোবিন্দগি অংশনি হায়নরকুই। হৌজিক্কি মী পুম্নমকুন শ্রীগোবিন্দনি হায়্নরে, ঐখোয়স্তু য়াজরে। মসিদ থাজবা হৈতবা কনাগুম্বনা থম্বোঙ্ অসিন কয়ম্না লাই ওইগদগে হায়্না খন্বিবস্তু য়াই। মাহুস্তু থম্বনা মতিক্ চাবা রা অমনি, অহুম্দি ওইরগা মী ভরান হায়্নরকুনবা রা অসিমক্তবু ফীভম্ অমা লৈগনি। অহুগি মথক্ত সংসার অসিদ, শ্রীকৃষ্ণগি মরম্দ থঙ্বা লীস্তু থর তাঙ্ই। মাসি কৃষ্ণকন ননাই অর্জ্জুনদ হায়খ্রবা বানি

মাহুদি :—

ন মে বিদুঃ সুরগণাঃ প্রভবং ন মহর্ষয়ঃ।
অহমাদিহি দেবানাং মহর্ষীণাঞ্চ সর্ব্বশঃ। ২। গীতা।

অহুগ উ অসি উ অগৌব ওইবগি লাইনি হায়্‌ব মতম মহ কুকি এন্সোকুপ মগুণ অমা লৈ। করিগুম্‌ব অতোপ্প মগুণ অমম থাইদগ হন্নবাদ কৃষ্ণগি শক্তিনি হায়্‌ন গীতাদ শ্রীকৃষ্ণন অর্জ্জুনদ হায়খে। মাহুদি :—

যদ্‌যদ্বিভূতি মৎ সত্বং শ্রীমদূর্জ্জিতমেব বা।
তত্তদেবাবগচ্ছ ত্বং মম তেজোহংশ সম্ভবম্। ৪১ ॥ গীতা।

শ্রীমুখকি বা অসিগি প্রমাণদি থয়্‌বোঙ্‌ পাম্বী অসিগি মহয়্‌ য়াম্‌ব পাম্‌ব অমস্তুং থুম্‌ব অনি থয়্‌বোঙ্‌ পুম্নমক্তগি মহাকন পুম্‌হেল্‌ হেল্লি। মাসিনক্ত মহাকুকি মশাদ কৃষ্ণগি শক্তি লৈ হায়ব উৎলি মথক্ত হায়রিব অসি মতম মহাকুকি অচৌকুপ মগুণ অমগ লৈরি। আশ্রম্‌ অসিগি মসুংদ মহাকুম মী পুম্নমকুকি মিংয়েংকম্‌ ও'হুম উমং অসিগি উ মিংথৌনি হায়্‌ব থঙ্‌হল্লি। অচৌগ অচৌকুপ মগুণ অমম লাইয়েকুপ হৈব মীন য়েকুপ শকুম অয়েং অয়েংব মীদ মমায়্‌ ওম্‌শিন্‌বগুম্‌ মায়্‌কৈ মরিমক্ত মমায়্‌ লৈ। অসিগুম্‌ব কাঙ্‌লুপ্‌ অমগি মকে'কু ওইব অমস্তুং মায়্‌কৈ মরিম মমায়্‌ ওন্‌ব অসিসু কৃষ্ণগি অংশনি হায়রি। মাহুদি :—

কুবেরস্তু পতিশ্চৈব নক্ষত্রানাং পতিস্তথা।
ওষধীনাং পতিশ্চৈব বৃক্ষাণাঞ্চ পতিস্তথা। ২৪ ॥ ব্রহ্মপুরাণঃ

অক্ষরাণামকারোঽস্মি দ্বন্দ্বঃ সামাসিকস্য চ।
অহমেবাক্ষয়ঃ কালো ধাতাহংবিশ্বতোমুখঃ। গীতা।
নমো নমস্তেঽস্তু সহস্র মূর্ত্তে।
সহস্রবক্তো বহুবক্ত্রপাদ। ২১॥ ব্রহ্মপুরাণ।

অদুগ ভক্তরাজ প্রহ্লাদন মপা বিংথোদ শ্রীকৃষ্ণদি ওইনিঙ্বগ ওই, মহাকুন ওইদব পোং লৈতে হায়খে। মাহুদি :—

দেবামনুষ্যাঃ পশবঃ পক্ষিবৃক্ষসরীসৃপাঃ।
রূপমেতদনন্তস্য বিষ্ণোর্ভিন্নমিব স্থিতম্। ৪৭॥ বিষ্ণুপুরাণ

মসি মনাই অর্জ্জুনন মপু কুরুদ চিংনব উহুন শ্রীকৃষ্ণন মনাইগি চিংনব কোক্লব বিভূতি মমাম তাকুপিরম্‌দাইদ অস্মুম্‌ন তাকুপিখি। মাহুদি :—

হন্ত তে কথয়িষ্যামি দিব্যা হ্যাত্মবিভূতয়ঃ।
প্রধান্যতঃ কুরুশ্রেষ্ঠ নাস্ত্যন্তো বিস্তরস্য মে। ১৯॥ গীতা।

অদুগ লোইরক্‌প মতম্‌দন অস্মুম্‌ন তাকপিখি।

নান্তোঽস্তি মম দিব্যানাং বিভূতীনাং পরন্তপঃ।
এষতূদ্দেশতঃ প্রোক্তো বিভূতের্বিস্তরো ময়া। ৪০। গীতা।

মরম্‌ অসিন্‌ হৌজিক্‌ হওরিব থর্‌বোঙ্‌ অসিবু শ্রীগোবিন্দাশ্রমগী নাংগদি শ্রীগোবিন্দনি হায়্‌বদ প্রমাণশিং অসিন করি অমা চিংনকম্‌ লৈতে।

---

# লৈহাউ।

মথক্ত উৎখ্রিব থয়্বোঙ্ পাম্বীবু গোবিন্দনি হায়ব অসিদ কনগুম্ব বৈষ্ণবশিংন পুরাণ থরগি প্রমাণ অমা অমী ইরগ উ অমবু কৃষ্ণনি হেক্ হায়্ব মাত্রা হায়বিগনি। প্রমাণ থর অসিনদি থয়্বোঙ্ পাম্বী অসিবু কৃষ্ণ ওইহনবা মারোই, শ্রী গোবিন্দন অবতার তৌরবদি মক্ত ওইব কনা কনা মাংব হওনৈ হায়্ব অহুম্ সেংব তাই। হায়্রিব মথোয় অহু মাশদন কদোনোংদসু কৃষ্ণন অবতার তৌরোইদম্নি। মাহুদি :—

এবং যথা জগৎস্বামী দেবদেবো জনার্দ্দনঃ।
অবতারং করোত্যেষ তথ শ্রীস্তৎ সহায়িনী।। বিষ্ণুপুরাণ।
হ্লাদিনী সন্ধিনী সম্বিত্ত্বয্যেকা সর্ব্বসংস্থিতৌ।
হ্লাদতাপকরী মিশ্রা ত্বয়ি নো গুণবর্জ্জিতে। ১। বিষ্ণুপুরাণ।

প্রমাণ অসিন শ্রীমতি রাধিকা মাংদন কৃষ্ণ অবতার তৌব মাদে অহুন রাধিকা মাওনা থয়্বোঙ্ পাম্বীন গোবিন্দ ওইবসু মারোই। মরম্ অসম আশ্রম্ অসিদ হওখ্রিব অমসুং হওরিব থয়্বোঙ্ অসিবু গোবিন্দনি হায়্রবনিন ঙবুংঙোপি সহায় ওইবী ইবেমসু সোয়্দন লৈগদবনি। মসিদ হায়্বিব মারে, আশ্রম্ অসিদ হওখিব থয়্বোঙ্ অহুন জয়সিংহ মহারাজগি মঙল তাক্পিরম মরম্ন গোবিন্দনি হায়খ্রে, অহুগ হৌজিক্ হওরিব অসিসু শাস্ত্রগি প্রমাণন অমসুং খাইন মাথব মতুং

ইন্নে গোবিন্দনি হায়রবদি ইবুংঙোগি সহায় ওইবা ইবেম্মবি কনানে ? মাসিগি মতিক্ চাব হায়জনিঙ্ব পাউথুমদি— আশ্রয় অসিগি মচুংদ থয়বোঙ্ পাম্বীগ মান্নব মগুণ লৈবা শ্রীলিঙ্গ চংপ উন ঐশী শক্তি লৈবা উদি মথক্ত হায়্জখিব লৈহাউ লৈশং পাম্বী অমনি. লৈহাউ পাম্বী অ'সমতম ঐশী শক্তি উত্তম ইবেম্মগি হ্লাদিনী, সন্ধিনী, শম্বিং হায়্ব গুণ অহুম্ অহু লৈ হায়্ব খঙ্নব লৈশং লৈরেল, অগ্নি লৈশক্ অহুম্ শাংলি। মাসি শ্রীকৃষ্ণন মমাই অর্জ্জুন্দ তাক্পিখিব "যদ যদ্বিভুতি মৎ" পোং অহুগি থুদম্মক্নি। অহুগ ইবেম্মগি মচুদি লৈহাউ লৈরেলগি মচুনি, ফিজেৎন সনা ফিগে অশংব খোল্লি হায় অহুগ লৈহাউ লৈশংস্তু সনা মচুদ অশংব মচুন কুপ্পনি।

হৌজিক্ লৈহাউ পাম্বী অসিগি হওরক্প মতম্ খঙ্ব মী লৈত্রে। মাসি শ্রীকৃষ্ণন থয়্বোঙ্ ওইন মণিপুরদ অবতার তৌব মতমদ সহায় ওইবা ইবেমন লৈহাউ ওইন অবতার তৌখিবনি। অহু মরুবদি অ'সগুম্ব উন অরেম্বদ মতম্ চাদন হওরক্প হওনদে। শ্রীমতি রাধিকাস্তু হ্লাদিনী সন্ধিনী সম্বিৎ ঐশ্বর্য্য অহুম্ পুই, অহুগ লৈহাউ অসিস্তু হ্লাদিনীগি লৈরেল্, সন্ধিনীগি মচু অনীশুব লৈশং, সম্বিৎকি অগ্নি ঐশ্বর্য্য অহুম অসি তশেংন উংলি। মরম্ অসিন ঐশ্বর্য্য অহুম্ উংলিব লৈহাউ অসি শ্রীমতি রাধিকা মঙ্গন করি ওইকম্ খোক্পগে ?

শ্রীকৃষ্ণপি অবতারদা ইবেম্ম লোয়্রৈ হায়্রখে। মাসি শ্রীরূপ গোস্বামীনা শ্রীগৌরচন্দ্র অবতারপি মরম্ ইরকুপদম্মু মঙ্গলাচরণপি মশক্ ওইনা ইখে। মাহুদি :—

রাধা কৃষ্ণ প্রণয়বিকৃতি হ্লাদিনী শক্তিরস্মা
দেকাত্মনাবপি ভুবি পুরা দেহ-ভেদং গতৌ তৌ।
চৈতন্যাখ্যং প্রকটমধুনা তদ্দ্বয়ঞ্চৈক্যমাপ্তং,
রাধাভাবদ্যুতি সুবলিতং নৌমি কৃষ্ণস্বরূপং॥

অদুগা ইবেম্ম রাধেমা ইবুংঙোতবু পূজা ধ্যান্নচিংব তৌরবদি পাপ খিবিক্ ফংই, অদুনা ইবুংঙো ইবেম্ম অমা থোকুনা ওইখি হায়্রা মহাদেবনা দুর্গাদ হায়্রখিব অদু সংমোহন তন্ত্রদ ইরি। মাহুদি :—

গৌরতেজো বিনা যস্তু শ্যামতেজঃ সমর্চ্চয়েৎ।
জপেদ্বা ধ্যায়তে বাপি স ভবেৎ পাতকী শিবে। ১৭॥

\+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+

তস্মাজ্জ্যোতিরভূদ্দ্বেধা রাধামাধবরূপকম্।
তস্মাদিদং মহাদেবি গোপালেনৈব ভাষিতম্। ১৯॥

মাসিদ কনাগুম্বা বৈষ্ণবশিংনা হায়রিব য়াই। থয়বোঙ্ অসিদি গোবিন্দমকুন তেথাউদ জয়সিংহ মহারাজদ তাকুপিরম্বা মরমন শ্রীগোবিন্দ ওইরো। অদুগ লৈহাউ পাম্বী অসিনা করম্না, কনাদ হায়রম্নুনা ইবেম্মনি হায়গদৌরিবনো? চুম্ই, মাসি শঙ্কা তৌব য়াব মকম্ অমনি। অদুনা শাস্ত্রপি যুক্তি মতুং ইন্না, ইবুংঙোনা উ ওইনা অবতার্ তৌপখি হায়্রা

মন্নাইদ তাকুপিরম্ব অহুম ইবেম্মসু উ ওইব অবতার তৌ
তাই হায়ব অসি খঙ্নগনি। করিন শ্রীকৃষ্ণন অবতার তৌরি
পোৎশকু অহুগি মতুং ইন্ন ইবেম্মসু ওই। কৃষ্ণম উ ওইবে
ইবেম্মসু উ ওইগনি, মী ওইরগ মী ওইগনি। মাসিমব
বিষ্ণুপুরাণদ হায়রি। মাহুদি:—

দেবত্বে দেবদেহেয়ং মানুষত্বে চ মানুষী।
বিষ্ণোর্দেহানুরূপাং বৈ করোত্যেষাত্মনস্তনুম্। ৩০॥

বিষ্ণুপুরাণ্

হন্দকু শ্রীকৃষ্ণন মণিপুরদ অবতার তৌরিব অসি, রাধাভাব
হরিভক্তি, জীবনিস্তার হায়ব তিনবাঙ্গাগি দমক্ নবদ্বীপ্ত অবতা
তৌখিব শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগি ধর্ম্ম ঙাক্নবগি অবতার তৌবনি
অদুনদি লৈহাউ পাম্বী অসিগি লৈশক্ অহুম্ অসি য়েংলগ
গৌরধর্ম্ম ঙাক্নব শ্রীকৃষ্ণগি গোবিন্দ, মদনমোহন, গোপীনাথ
য়ব বিগ্রহ অহুম্ নিরূপণ তৌখিব অসিগি খুদম্ উত্ত
শাৎপনি হায়রবসু হায়মনব খোক্লোই।

অহুগ লৈহাউ পাম্বী অসি হ্লাদিনী শক্তি শ্রীমতি রাধি
কানি হায়বগি খঙনব খুদম্ অমগ লৈরি। শ্রীযুক্ত জয়সিং
মহারাজন শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌব মতম্দ বৃন্দাবন লিলাগি
গোপীনাথ, মদনমোহন গোবিন্দ অহুগ নবদ্বীপ লিলাগি অদ্বৈত
নিত্যানন্দ নিরূপণ তৌখি। তৌইগুম্সুং বিগ্রহশিং অসিগ
কোন্নব রাসেশ্বরী অমসুং রাধাভাবকান্তি গৌরচন্দ্র নিরূপণ
তৌহোদে। মাসিন খোক্পদি লৈহাউ পাম্বী অসিন রাধিক

ওইব মরমশ্ন মতম্ অদুদ রাসেশ্বরী অমস্তুং গৌরচন্দ্র মিরূপণ তৌখিদবনি। শ্রীমতি রাধিকা নিরূপণ তৌদব মরমন শ্রীগোবিন্দগি রাস কংপদ মচা ইবেম্মা অনুরূপা দেবীবু শ্রীগোবিন্দগি চরণদ কথোক্তুনা রাসেশ্বরী ওইহনখি। হৌজিক লৈরিব রাসেশ্বরী অসি মিরূপণ তৌরব মতমদ অনুরূপা দেবীন নবদ্বীপত্ত লৈখি, অদুগ মহাকন সেবা চৎচনব অনুপ্রভূ নিরূপণ তৌখি। রাসেশ্বরী মিরূপণ তৌহৌদবন শ্রীগৌরচন্দ্র মিরূপণ তৌহৌদবনি। অদুদগি ইবেম্ম মিরূপণ তৌরবদ গৌরচন্দ্র নিরূপণ তৌরব অসি, অনুরূপা দেবীন শ্রীগোবিন্দগি দমক্ রাধিব অদুগি লম্বন্ শিংবিগে হায়দুম মমাঙৈদ ইবেম্মগি কুচুন খঙ্‌হনবগুম্ মনাইগি মমিংম হন্দক্ খঙ্‌হনবিগে হায়দুম অনুপ্রভূ কৌরবনি, অমস্তুং শ্রীগোবিন্দন মণিপুরদ অবতার তৌরব অসিদস্তু দ্বাপুরগি ব্রজলীলাগি অবতারদ তৌখিব অদুগ চপমান্নে হায়ব ভাকপিগে হায়বগি মনাই নূপীগ লোয়নন নবদ্বীপ্ত লেঙ্খিবনি। মাসি পূম্মক্ অসি যোগমায়াগি তৌব ঙমবগি শক্তিন খঙনদবনি। মাহুদি :—

নাহং প্রকাশং সর্ব্বস্ত যোগমায়া সমাবৃতঃ।

মূঢ়োঽয়ং নাভিজানাতি লোকো মামজমব্যয়ম্। ২৫ ॥ গীতা।

মাসিমক থয়বোঙ স্বরূপ মতমদ তৌখি হায়ব মা অদুমক্ত প্রমাণ ওইরি। জয়সিংহ মহারাজন শ্রীগোবিন্দ থয়বোঙ্ স্বরূপ মতমদ অহান্ব শিঙ্জঙ্ খৌগল্ তৌবদ চোংথোকখিব ঊপ কোনমব থাঙময় অহু খিব কংখিদে হায়। কমা কনাগুমব

অহল্শিংন হৌজিক্ হওরিব থয়্বোঙ্ অসি থাঙ্ময়্ অদুমকন ওইরক্পনি হায়্রি। হায়্রিব অসিন চুমলবদি শাস্ত্রগি প্রমাণ "বৃন্দাবনং পরিত্যজ্য পাদমেকং ন গচ্ছতি" হায়্ব রা অদু চুম্লে। মরম্দি শ্রীগোবিন্দগি রাসেশ্বরী অমা মিরূপণ তৌথ্ব অদুদ কাইদক লেহৌরিব ইবেম্মগি অংশ লৈহাউ আসগিদমক্ থাঙ্ময়্ অদুব অমুক্ হন্ন থয়্বোঙ্ ওইন ইবেম্মগ কোম্নন ওইরম্মনি।

মাসিদ হায়্গদব রা অমা লৈরে। কৃষ্ণগি মশক্ ওইব থয়্বোঙ্ অসিন কাইনাদ ইবেম্মগ কোম্নম লৈরব'দ মিরূপণ তৌহ্নন সেবা চংলিব শ্রীগোবিন্দ অসিদি মগুণ লৈতব তারে। মাসিদ হায়্জনিঙ্ব রাদ বিগ্রহ লথা অমা থোক্পগি ইবুঙোগি মগুণন ময়েং তব লৈতে। কৃষ্ণদি মশা মতোম্তন লীলাগিদমক্ মশক্ লথা অমা থোক্ই। মাহুদি:—

যথাগ্নিরেকো বহুধ সমিধ্যতে।
বিকারভেদৈরবিকাররূপঃ॥
তথা ভবান্ সর্বগতৈক রূপো।
রূপাণ্যশেষাণ্যনুপুষ্যতীশ ।৪৪॥ বিষ্ণুপুরাণ।
একদেশস্থিতস্যাগ্নে র্জ্যোৎস্না বিস্তারিনী যথা।
পরস্য ব্রহ্মণঃ শক্তিস্তথেদমখিলং জগৎ।৫৩। বিষ্ণুপুরাণ
শক্তয়ঃ সর্বভাবানামচিন্ত্য জ্ঞানগোচরাঃ।
যতোহতো ব্রহ্মণস্তাস্ত সর্গাদ্যা ভাব শক্তয়ঃ॥
ভবন্তি তপতাং শ্রেষ্ঠ পাকস্য যথোষ্ণতা।২॥ বিষ্ণুপুরাণ।

প্রমাণশিং অসিন শ্রীগোবিন্দন অমুক্ত কাইনাদ থয়্বোঙ্ হইন হংম্নগ নিরূপণ তৌখ্ব শ্রীগোবিন্দগি মণ্ডপ কব্বি অমত্ত য়েং তাব লৈতা হৌজিকু সেবা চংলিব শ্রীগোবিন্দ অসি হৈবেমগ লোয়্নন শ্রীবৃন্দাবনদ রাস শানখিব ইবুংঙো অহুনি। হায়্ব শ্রীমূর্ত্তিগি কৈশোর বিগ্রহ অসিন ভশেংন তাকুলি। মাদুদি :—

বৃন্দাবনবিহারেষু ক্রমং কৈশোর বিগ্রহম্।
অদ্যাবস্থেষু স্থানেষু বাল্য পৌগণ্ড যৌবনম্।৩৩॥ শ্রীশাস্ত্র।

মরম্ অসিন শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজন সেবা চংলিব শ্রীগোবিন্দগি মরমদ অমুক্ত ইরুহন কাম্নদ্রে। অহুন অশ্রাম্গি থয়্বোঙ্ আস শ্রীগোবিন্দনি, লৈহাউন শ্রীমতি রাধিকানি।

---

## পাথংব।

শ্রীকৃষ্ণন থয়্বেঙ্ ওইম মণিপুরদ অবতার তৌরে, অহুগ লৈহাউ পাম্বী অসিন শ্রীমতি রাধিকানি হায়্রে। অদু ওইরবদি কৃষ্ণন রাধিকা থাদোক্লব মাদবগুম্ ইবুংঙোগ থানদব কৃষ্ণগি অশংদগি থাইব শক্তিপুরুষ অমম্ব লৈপদবনি। মাহুন কনান ওইব তারি? শাস্ত্রন ইরি, ইবুংঙোদি ধর্ম্ম অমসুং সাধু

ঙাক্লুবগি দমকু হক্চাং অমতন অংশ অমী থোক্লুম অবতার তৌই। মাহুদি :—

যদা যদা হ্যধর্ম্মস্য বৃদ্ধির্ভবতি ভো দ্বিজ: ।
ধর্ম্মশ্চ হ্রাসমভ্যেতি তদা দেব জনার্দ্দনঃ। ২ ॥
অবতারং করোত্যত্র দ্বিধা কৃত্বাত্মনস্তনুম্।
সাধুনাং রক্ষনার্থায় ধর্ম্মসংস্থাপনায় চ। ৩ ॥ ব্রহ্মপুরাণ।

অসিগুম্ব ইবুংঙোগি অংশ অসীদি হকচাংগা মিগ লোয়নবগুম্ করিগুম্বদস্তু থাদোক্নব য়াত্রিবনি। মাসিবু বাস্তু দব হায়্ন কৌই। অদুগ ইবুংঙোন সংসার অসি ঙাক্পদ বাসুদেবনচিংব কায়ব্যুহ মরিগ লোয়্নন ঙাক্ই হায়রি। মাহুদি :—

স দেব ভগবান্ সর্ব্বং ব্যাপে নারায়ণো বিভুঃ।
চতুর্দ্ধা সংস্থিতো ব্রহ্ম সগুণো নির্গুণস্তথা ১৭। ব্রহ্মপুরাণ।

অদুগ বাসুদেবদি কৃষ্ণগ চপমান্নে, সৃষ্টি স্থিতি প্রলয় ঙম্ই। মাহুদি :

বাসুদেবায় তারায় সর্গস্থিত্যন্ত কারিনে। ২ ॥ বিষ্ণুপুরাণ।

মরম্ অসিন কৃষ্ণগ থাদোক্লব য়াদব বাসুদেব অদুদি কাইনাদ অবতার তৌই হায়্রিব গোবিন্দ অসিগসু থাদোক্লব য়ারোই।

চুম্ই হন্দকু শ্রীগোবিন্দন মণিপুরদ অবতার তৌব অসিদসু বাসুদেব থাদোক্কে। মাহুগি খুদম্দি বাসুদেব নৈব মরম্ন কনাগুম্বন পুক্চেল্ কত্তব মীন উশিত্তুনা অকায়্ব থবক্ তৌক্লবদ কংসনচিংব হাৎপগুম্ মথরায়্ হাংলি। অদুগ করি করিগুম্ব আশ্রম্ অসিদ রাস কৎপ মতম্দ চুম্থাঙ্ থান্ব,

াঙ'ল্ উংপ অমস্তুং লিল্ ওইন থো'কুপ অসিনচিংব ইবুংঙোগি
শ্বর্যা অহূ উত্তু্ন ইবুংঙো নৈ হায়্ব তশেংনা তাকুপিরি।
সি বাস্তুদেবগি তৌব ওঁয্ব শক্তি নত্তুন অতৈ করিস্তু
ইকম্ থোক্কে। বাস্তুদেবগি মরম্দ অস্তুম্ন ইরি। মাহুদি:—

একামুর্ত্তিরনুদ্দেশ্যা শুক্লাং শশ্বন্তি তাং বুধঃ।
জ্বালামালাবনদ্ধাঙ্গী নিষ্ঠা স যোগিনাং পরা। ১ ॥
দূরস্থা চান্তিকস্থাচ বিজ্ঞেয়া সা গুণাতিগা।
বাসুদেবাভিধানাসৌ নির্ম্মমত্বেন দৃশ্যতে। ১৯ ॥
রূপবর্ণাদয়স্তস্যা ন ভাবাঃ কল্পনাময়াঃ।
আস্তে চ সা সদা শুদ্ধা সুপ্রতিষ্ঠৈক রূপিণী। ২০ ॥

ব্রহ্মপুরাণ।

াহাণ অসিমক্কু মরম্ ওইহুন আশ্রয় অসিগি রাসনচিংবদ
রিব থাইন পাখংব হায়্নরিব অসি মণিপুরদ অবতার
ৗরিব শ্রীগোবিন্দগি বাস্তুদেবনি হায়ব তশেংনা উংংল।
দক্কি পাখংব হায়ব মমিং অসি তাবদ কনাগুম্ব বৈষ্ণবশিংগি
ক্লিঙ্দ চিংনবিব য়াই। করিমা. অয়াম্ব মীন নিংথৌজা
লাইগি আদিপুরুষ পাখংব অহূতবু পাখংব হায়ন খঙনৈ।
চাইগুমবস্তুং পাখংব হায়্ব অসি মীপা মরি গুরি। মাহুদি:—
সনুং লোনজা পাখংব; তাঙ্জ লিল্লা পাখংব, সেন্নেঙ্
লোল্লাং) পাখংব, মোংতা লাইরেল্ পাখংব (যবিষ্ঠ)।
দক্ বাস্তুদেবনি হায়্জরিব অসি নিংথৌজা সলাইগি আদি
রুষ মোংতা লাইরেল্ পাখংববু নত্তে, নৈনুং লোনজা

পাথংববুনি। মহাক্‌পু বাসুদেব হায়দনা মৈতৈনা, পাথংব হায়বগী মরম্‌দি লৈনুংলোনজা পাথংব অসি অনন্ত ভগবান্‌নি অদুগ মৈতৈগী লাইদ সনামহী পাথংব অনী অসিনা মকোকনি, লৈবক্‌ শেন্থ, য়োক্‌প, মাংহন্‌ব মথোয় অনীগী মথৌনি। মরম্‌ অদুনা বাসুদেব হায়দনা পাথংব কৌবনি। অদুগ মৈতৈনা মথোয় অনীগী খেন্নবা অসি অম্বম্‌ন থংনৈ অম ওইনা উরগ সনামহী লিল্‌ ওইনা উরগ পাথংব। অসিগী মথক্তা ইমুংদ ডব মৈ লিল্‌নচিংববু সনামহী, লম্লক্তা উরগ পাথংব হায়্‌ন থংনৈ। পাথংবনা ওইব লিন্দি চুমনাগ লিনগ মান্নদে। মাগী থয়াং অমস্থুং মচুদ ইত্তোপ তোপ্প ফিভম্‌ অমা লে। বাসুদেবনা পাথংব হায়রুবগীদমক্‌ বাসুদেবগী মগুণ মাঙ্‌ব লৈতে। বাসুদেবঅতোব থবক্‌ পূম্নমক্‌ পাথংবস্থ তৌই। অদুনা জাতি তোঙ্ঙানব লোল্‌ তোঙ্ঙান্‌ব মতুং ইন্‌ন মগুণ অমস্থুং মথৌ অমত ওইবনীপ। অনবু মমিং তোঙ্ঙান তোঙ্ঙাল্‌ কৌবগী কন্নি অকায়্‌ব লৈবগে? হিন্দু শাস্ত্রমক্তদ নুমিৎপু রবি সূর্য্য, ভানু, ভাস্কর নচিংব মমিং কয়া লৈরি। হায়রিব মিং অসি অমা হায়্‌রগ নুমিৎপু হেক্‌ত মথঙ্‌নৈ। অদুগ জাতি তোঙ্ঙান্‌ব, লোল তোঙ্ঙান্‌বগী মায়কৈরোম্‌দ য়েংলবস্থ "সন" "সূর্য্য", "সুরজ" "নুমিৎ" পুম্নমক্‌ অসি মমিং তোঙ্ঙাল্‌ তোঙ্ঙান্‌ব হায়রবস নুমিৎতবু থঙ্‌নৈ, অতোপ্‌ অতোপ্প পোং অমমম্‌ পুথোরক্‌পা মায়োক। পাথংবগী মশক্‌-মতৌ মচু অরাপ্প হায়্‌ব মাদে অদুগুমনা বাসুদেবগী, মশক্‌-মচুস্থ অরেপ্প হায়্‌ব ঙম্‌দে

যেক অসুযম হায়র্রি।

রূপবর্ণাদয়স্তস্য ন ভাবাঃ কল্পনাময়াঃ ॥ ব্রহ্মপুরাণ।

সুদেবন শ্রীগোবিন্দগ লোয়নন সংসার অসি ঙাকৃপ শেষ মুমক্ত মীগি মশকু ওইন লৈতে। মহাকুম মীগি মশক চন অবতার তৌবদ লাইগি থবকু ওইব যজ্ঞ হোমনচিংবদ খায়ব মতম্‌তদ অবতার তৌই। মহুদি :—

স সর্বান পার্থিবান্ সংখ্যে ঘাতয়িষ্যতি মানন্।
সুরকার্য্যার্থমুৎপন্নো মানুষ্যং বপুরাস্থিতঃ ॥ ১৮ ॥ ব্রহ্মপুরাণ

শি নত্তব অবতার অতেদি অতোপ অতোপ্পা মুক্তি লওই।

বাসুদেবন লিলসু ওই হায়ব অসি শ্রীমদ্ভাগবতনচিংব রাণদ যামন ফজন ইরি। শ্রীকৃষ্ণন কল্লব কংসগি কারাগারদ বতার তৌব মতমদ বসুদেবন শ্রীকৃষ্ণবু মথুরাদগি গোকুল ানন পুরকৃপদ বাসুদেবন লিমগি মশকু ওইন থোংজ তৌখি। মাদুগি প্রমাণদি :—

বর্ষতাং জলদানাঞ্চ তোয়মত্যুল্বনং নিশি।
সংছাদ্যানুযযৌ শেষঃ ফনৈরানক দুন্দুভিম্ ॥ ভাগবত, বিষ্ণুপুরাণ
বষতাং জলদানাঞ্চ তত্তোয়মুল্বনং নিশি।
সঞ্চাদ্য তংযযৌ শেষঃ ফনৈরানক দুন্দুভিম্ ॥ ২১ ॥ ব্রহ্মপুরাণ

মহুপ শ্রীকৃষ্ণন বৃন্দাবনদ অবতার তৌব মতমদ সংকর্ষণ বলরামন াসুদেবনি। অদুগুম্ব বলরাম অদুম স্বর্গারোহন ওইব মতমদ াহাককি মথরায় অদুম লিল ওইন চংখিদুন মমাংদুদ শ্রীকৃষ্ণন পাকপ মতমদ গোকুল তানন থোগল তৌখিব অদু মহাবনি,

অমম্লং বাসুদেবদি লিসনি চায়বদি আনন্তগি মশক্নি হায়ব অদু তশেংন উংথি। মাহুদি :—

চঙ্ক্রম্যমানৌ তৌ রামং দক্ষদুন্দুভ্যাশনম্ ।
যদৃশ্যতে মুখাচ্চাস্য নিষ্ক্রামন্তং মহোরগম্ ॥ ৫০ ॥
নিষ্ক্রম্য স মুখাত্তস্য মহাভোগো ভুজঙ্গমঃ ।
প্রযাতশ্চার্ণবং সিদ্ধৈ পূজ্যমানস্তথোরগৈঃ । ৫১ ।
তদর্ঘ্যমাদায় তদা জলধিঃ সম্মুখং যযৌ ।
প্রবিবেশ চ তত্তোয়ং পূজিতঃ পন্নগোত্তমৈঃ ॥ ৫২ ॥ ব্রহ্মপুরাণ

প্রমাণ অসিন বাসুদেববু লিলম্ব ওই হায়রি। অদুগ মৈতৈন পাখংবত্ত হায়রবু লিলগি মশকুনি হায়ন খঙনৈ। অদুন পাখংবম্ব বাসুদেবনি, বাসুদেবম্ব পাখংবনি হায়বদ থোইদোকপ অকায়ব লৈতে। মরম অসিন শ্রীশ্রীগোবিন্দাশ্রমগী থমবোঙ পাম্বী অসিন শ্রীগোবিন্দনি, লৈমাউ লৈশং পাম্বীদ হ্লাদিনী শক্তি শ্রীরাধিকানি অদুগ পাখংব অসিন বাসুদেবনি। আশ্রম অসিদ হওরিব থায়নগি উশিং অসি ইবুঙো ইবেম্মগী লীলাগি লোয়নরকপ বৃন্দাবনগি গোপ গোপী অদুন ওহ্নকপ তাক্তনি।

---



শ্রীভগ্যচন্দ্র মহারাজ

শকাব্দ ১৬৮৮, ১২ নি পানবা ঊরাই হুমিংকী অয়ুক যুবক মতুং অমা চংলকপা নিংথৌকাবগী ক্ষেণ, মহেন্দ্রগী ক্ষেণদা শ্রীগোবিন্দ অর্পণ তৌই। কাঞ্চিপুরদা কোনুং সাই। শকাব্দা ১৭০১, ১২নি পানবা থাই হুমিংডা রাসমণ্ডলদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌই। হুমিং অসি রাস লৈ।

# শ্রীগোবিন্দ উদব।

শকাব্দ ৬৮১ শুবদ শ্রীযুক্ত গৌড়শ্যাম্ মহারাজন নোঙ্গা-
বদ, মনাও ইবুংঙো জয়সিংহ যুবরাজন মৈতৈ নিংথৌ ওইহুন
ম্বাল তেংই। মবামবুং ইবুংঙোন বয়েন্বম্ খেলৈমুঙ্নাং
ভল্লৈহবু মমাসিজ ইবেম্মগি মৌপ্নাগি লায়খুন মোইরাং
থৌ হাপ্লম্ই। মৈরিঙ্গুম্ন লাম্ব মীওইবগি আশাগি
মথৈ লৈতে। সমুদ্রগি ঈথকুন মথং মথং কাররুগ মমৈ-
ঙ্দ লৈব ইদ থেংহুন মতোম্মত মাঙ্জবগুম্ মী ওইবগি
পন্ব নাইদব আশাসু ফংলিব মথৈ মথং মথং ভান্খৎলি,
রিব মথৈ পাম্লগ মতৈ থঙ্দ অমাবদ পোল্লোই ওইগল্ল।
ওইব হায়্ব অসিনক্তবু পীরিব মথৈ হরাউই, পীদ্রবদ শাউ-
ঙই। হায়জবদ য়াবিরিব অচুকুকি মতিক হরাউব হেনগৎলকপগুম
ায়জবদ য়ারক্তুগ শাউনিঙ্ব হৌল্ল। মোইরাং খেলেম্ব
াইরাংনিংথৌ ওইরে। মহাকবি আশাসু বাংখৎলকলে।
যুক্ত জয়সিংহ মহারাজগি মতম য়ৌরকুপদ খেলেমবগি আশা
। মরেং পাকুংথাকুপক্তুন মৈতৈগি লম, য়ৌন শন্দোরক্লে।

সংসার অসি পানুনব ঈশ্বরন শেম্ব নিয়ম্দ তিম্নব মকমদ
াইনব অথুম্বদ অথাব, সুংঙাইবদ অমাব আস য়ালশিল্লমই।
থায় অসে অমগ অমগ চিংনহুন লৈরিবনি। হায়রিব
পা মপা অসিন অমগ অমগ য়েকুনব ওইরকপ মতমদ

খখ'গি মফমদ পাপ চঙহুন মীওইববু অয়াব পীগল্লি। মৈতৈ মোইরাং অনীস্থু মকু মমাক্‌ন নিংথৌ ওইহুন য়ামন চান্নন পামমিন্নবদ অপামবগি মৈরিন মুংশিনব পুক্‌চেল্‌ বায়খিহুন য়েংথনব পোক্‌খরে। নোংম, রাবণগি মচন্‌নুপী তম্‌খিরবী শূর্পনাখা হিংচাবীন রামচন্দ্রগি পঞ্চবটী বনগি শঙ্গাইদ চঙ্‌হুন অরাবগি লংজিন পুথোক্‌খিবগুম্‌ জয়সিংহ মহার জগি দরবারদ মোইরাং নিংথৌ খেনৈনুঙ্‌নাং তেলাইব চঙ্‌লক্তন মৈতৈগি শান্তিগি লাইয়ুম্‌দ অরাবগি পো কাঙ্‌লরে। অাশান লমজিংহুন মোইরাং নিংথৌন মমাক্‌ ইবুংঙো মৈতৈ নিংথৌদ লম্‌ নিররে

জয়সিংহ মহারাজ অসি মনিঙ্‌ তমব লৈবাক্‌কি য়েংদব নিংথৌ নত্তে। মরম্‌ অহুম মমাগ পোক্‌মিন্নব মাতুলমক হায়রহুনস্থু জয়সিংহ মহারাজন লৈবাক্‌কি মাঙ্‌গদব উহু লম্‌ অহু পীখত্রে। খেলেম্‌ব হায়ব অাসিস্থু নিঙ্‌বহু থু দ মরক্ত তোক্‌প মী নত্তে। মমাক্‌ ইবুংঙোন পীত্রব লম অহু হন্‌ন হন্‌ন কচুমলক নিররে। জয়সিংহ মহারাজ খেংখাঙ্‌ অচুম্‌লক্‌ অহুমক্‌ লম্‌ পীখিত্রে। মরম অহু খেনৈনুঙ্‌নাং তেলহৈব অহু ইকাইব, মুংঙাইতব, শাউমিঙ্‌ব লোয়নন্না লৈরাইন য়ৈহরকপ ঈথক্‌কুম মরাই লুকন হন্থখে।

মোইরাং য়োরে, ওইদব বান অংইব শাহুন মহাক্‌ ইকাইব খোদাং কোক্লব অঙম্‌বশিংন পাউ তম্‌লুরে। মহাক্‌ মরা তাবদ জাতিগি মৈরিন য়ৈহুন মোইরাং পুম্নমক শাউনরে মমৈ খঙদ জয়সিংহ মহারাজ তাম্মোক্লপ মৈতৈ মোইরাং পু

লওদসি কদায়্? অসুম্ তৌন য়াম্না নৈংরব মতুংদ চিঠি য়ান ওয়্হন মখোয়্গি চংনবা মতুং ইনা জয়সিংহগি অয়েপ্প থওনব শামু পরীক্ষা য়েংবদ লেপ্লে।

অচুম্বু অরানব তানব হোংনব অসি য়াইফনব ওইগনি। হন্দক্ খেলেম্বন জয়সিংহগি মাওনব হোংনরক্প অসিসু তেথাত্তি মায়কৈদ ফাওনব প্রহ্লাদগি মাগী পরীক্ষাগুম্ থেকুখ্র। পুরন্দর স্বর্গদগী হন্দংলকপা য়্, খেলেম্বন তোঙকুপ থবক্ পুম্নমক্ অসি খল্লুবদ নুংঙাইহনব শাউনিংবন থুগম্ চন্থিনা লুক্ হদন শ্রীগোবিন্দগি কৃপা মতম তৌঁবনিংঙাই উপায় লৈতবনা নাম শেন্দুনা অহিং অদু লেমখ্রে। ইবুংঙোগি নাম শেঙব অমুক্তন অরাবা পুংমক্ কউখ্রে।

য়ুথকু হনখ্রে, মোংয়াই য়ৌখ্রে, মহারাজগি পুক্লুক্ শ্রীগোবিন্দগি চরন্দ তিনখে, মতম্ চংশিব থওখ্রে, সংসারগি য়াখল য়াওখিদ্রে। মহারাজগি মতৌ অদু উবদ মহারাণীনচিংব পুম্নমক্সু থম্মোই লকানুংদ শ্রীগোবিন্দগি চরণবু চেংনা কোম্হন অহিং অদু লেনখ্রে। শ্রীগোবিন্দদি ঋতু তরুক্কি লৈরাংনা লৈতেংলব থানিননোংগি থাবন্ন চাম্থোক্লব নিংথিরব রাস মণ্ডলগি ময়ায়দ সখীশিংগ লোয়্নন নিত্যরাসগি ময়াই কারিওদ মনাইনা কৌজব অপুম্ব তাখিদ্রে। নোংঙাল্লমদাই য়োরকলে ইবুংঙো ইবেম্মা বিদায়্ তৌনরক্লবদ অচৌক্ হুম্ব মতম্গ লৈনম্ পুব অম্মিংব মলয়া নুংশিনা, শক্তিকনা তাক্পা লম্বী মতুং ইনা মনাইগি অরাব মপাউখোল্ অদু শ্রীগোবিন্দগি

নকোংদ তমগে। মংশিংন পুরক্‌প অবাব পউ অদূ তারগ সখী পুমনমক্‌ হুন্দোক্রমহুন তেথাউ মায়্‌কৈ য়ৌরক্‌লে। জয়সিংহগী সঙ্গাইদা শ্রীগোবিন্দ লেংশিল্লে, অঙ্গংন্ধনা ইমুং অদূ শনখে। জয়সিংহ মপানগী ব্রাধন য়াওদনা চিন্ময় শরীরতনা মবুংও ঙাইদুনা লৈরম্লী। শ্রীগোবিন্দ লেংশিল্লা জয়সিংহন ঙম্‌জব ভক্তি কচ্চরে মপু মনাই ওংবদা অরবা পুমংমক্‌ কাওথে। মনাইবু চিংনা য়েংলগা তাক্‌পিখি, "ব্রাহ্মণনু জয়সিংহ হয়েং শামু ফাহুনা নগাইশিংগী মপূক্‌ পেল্লগা মণিপুরদ ধর্ম্ম ঙাক্‌নুন মংঙাইন মিংপৌ ওইক্রবো। অহুগা নঙন নিংথৌ ওইরগা লৈবক্‌ মরা তুপ্লব মতংদ ঐবু নিরূপণ তৌহুনা সেব চংলগ গৌরধর্মগী অচেংপ ফীভম্‌ থনম্মু। মুন্‌ন য়েহৌ, ঐদ ভাসমুখ গিরিদ থয়্‌বোংঙ্‌ পাম্মী ওইংনা লরমগে।" ব্রাহ্মসি তাগ্‌পিরগ্লগ শ্রীগোবিন্দ লেংখে, জয়সিংহস্থু জ্ঞান লাক্লে। মবুংঙো থায়নবগী অবাবন ঙাওহুনা ব্রাহ্মহৌরে।

নোংথাক্লে, তেথাউ প্রজা শংমক শামু ফাকম্‌দা তিংরে। মীয়ামগী পোজেল্‌ তাবদ শামুগি ময়াই কব হন্‌খে, খেক্‌ন লাউন মায়্‌কৈ মরমক্ত চেল্লকলে। জয়সিংহ মহারাজস্থু তোগদব থবক্‌ লোইরগ শ্রীগোবিন্দবু থম্মোইদা কোন্দুন মীয়াম্‌ লৈব মায়্‌কৈরোমদ লেঙ্‌লকলে। জয়সিংহ মহারাজন, শ্রীগোবিন্দগি য়াথং "ভসমুখ গিরিদ লৈরমগে" হায়্‌ব বাহয়্‌ অদূ নতুনা দতৈ বাখল তৌদবন অঙাংবা শামু অদূ উবদ ভসমুখ গিরি ওইন খন্দুন মবুংঙো খিব কাখংখে। মকম্‌ খঙ্‌দন শামু

মথকু মোথৎপ মবুংতো লৈবগি থাথনবা হবাওন পাম্বর খোগলু তোঙ্করে। শ্রীকৃষ্ণগি শক্তিনা ঙমদব লেতে। অঙাওব শামু ঙ'ও খয়ে শ্রীকৃষ্ণগি থোগল্ তৌজরিব বৈষ্ণবপু পুহন লেম্নবগুম কোয়ন কোয়ন মায়কৈ মরিন চংলকুলে। খোপো অহু উবদা তেখাউগী নিংথৌনচিংব মী পুন্নমকপ জয়াসংবু লাইমক্কি হায়ন চক্কি তৌনরে। জয়সিংহন শামুগি পরীক্ষাদ জয় ওইরে, স্বর্গদেবন মবুংঙোগী অশেংবা থজলহন সেবা নিঙথিনা তৌজরে। মহারাজসু মনাইগি মনিঙ খুংনব মতম ঙাইব ওইন তেখাউদ মতম খয় লৈখে।

---

# থয়বোঙ্ থেংনব।

অঙাওব শামু ফাহুন মীন ঙমদব থবক তৌখিব মুমিন্তগী হৌন তেখাউ পুমনমকন জয়সিংহগী মুঙাইনব হোংনজরে, তৌইগুম্বসুং মহারাজগি পুক্কিঙদ মনাইশংন তৌজব সেবা অহুপি পেনবিরবসু মুংঙাইব কবি অমত লৈরম্তে। ফীগে কিরাঙ্ শেংপ, সনান লৈ ওইনব, রূপানা মপাল্ শান থমলুবসু মান নিঙব খুংদন মীগী মপাল্ তাংলুন লৈবা লোমুম্ মোংলেকথক হিগুনসু কনাবসু মুংঙাইব হওনদে। মহুদ জয়সিংহ মহারাজগি লৈবাক খাবোক্লব, খুজম কায়রা

নীপানি, মচা ইবুংঙো অনীস্থ য়েকুবগি মখুবাক্তা বন্দি লৈহৌয়ে। মপুকুনিঙ্দ নুংবঙ্নরব অমস্মুং মবুংঙোগী রাখন্ন ঙাওরিব জয়সিংন নুংঙাইগদব করিনো? বৈকব ওইবগী পুকচেলম ফাহুন মতম ঙাইব ওইন মনাই স্বর্গদেবগী মনিঙ্ থুংনব হায়্হুন তেথাউদা লৈবতনি। স্বর্গদেবন, মবুংঙোগি পুক্নিঙ্ অহু থঙ্লহুন তেথাউ লাম্মী ১০০০০ কংলে *। শকাব্দ ১৬৮৯ শুবন জয়সিংহ মহারাজন লাম্মী অহুগ লোয়্নন মণিপুররোম্ম যাত্রা তৌরকুলে।

খেলৈনুঙ্নাং ভেলহৈবন কাকুতা তাব নিংথৌ হায়্ন মমিং থোন্দুন মৈতৈ মোইরাং পুম্ন নিংথৌ ওইব চহী মঙা শুরে। নুংঙাইবগী ঈথকুন অরাব রাখল্ তৌখিত্রে, মমাকু ইবুংঙো জয়সিংহ য়েকুনবনি হায়্ব কাউহুন অচৌবগী ময়াইন খুদোংথীব লাকপগী রাখল তৌখিত্রে। অহুগুম্ব নুংঙাইবগী ইশাক্ মহুদ জয়সিংহ মহারাজন তেথাউ লাম্মীগ লোয়নন লাকুপগী তাউ নোংলৈ অহুন হুমহুন কাওশিঙ্গুম্ পান্নম্ব নিংথৌ ভেমগ লোয়্নন খেলেমব ঔরারোমদ লাল পাউ তম্ব চেনখ্রে। মাইরাং নিংথৌগী মচা নীপা মশোম্ব যুবরাজন ইবুংশি ভবানন্দ, তোন্ ইবুংঙো আনন্তশাই সেনাপতিনচিংব অঙম্ অথৌগা লায়্নন শঙাইথেন্দ তেক্লোল্ শাহুন মহারাজবু ঙাইরমলে। ঙম্ অহুন সালম্ খুঙম্ন মশোম্ব যুবরাজবু হাত্ন জয়সিংহ হারাজগি য়াইফনব লম্মী শেম্খ্রে। জয়সিংহন শঙাইথেল্

* কুম্বদ ২০০০০ ইরি।

ভাবগ নৈপাক্‌ পুম্নমক্‌ চঙ্‌ঙ্গরে। অহুদগি তেখাউ লাম্নৌগ মৈতৈ লাম্নৌগ পুন্সুন ঔরা অেক্লোল্‌ ভাম্নোক্‌খ্রে।

শকাব্দ ১৬৯০ দ খেনৈম্নুঙ্‌নাং কেল্লাইবন ঔরা তেক্লোর পুন্থুন লাকপদ ঔরা ভাম্নখিব মৈতৈ তেক্লোলগ কবো খার লওবুক্তা থেংনহুন শোকনরে। মকম্‌ অহুদ ঔরাবু ঙম্নুন খেনেম্নব হাংলে। জয়সিংহ মহারাজন চিঙ্‌থং খোম্নব হায়রে মমিং থোন্নুন নিংথৌ অমুক ওইরে। মশাই স্বর্গদেব তৌরকপ অহুগী মুংঙাইবন তৌবিনল্‌ লম্নম্‌ শিংবগী মশব ওইব ময়াম্নুঃ ইবুংঙো গৌরশ্যাম্‌ মহারাজগী মচা ইবেম্ম। কোংদোলোকপীবু ( কুরঙ্গনয়নী ) তেথাউ নিংথৌদা লুহোংহুন পীখি।

চিঙ্‌থংখোম্নব নিংথৌ ওইরে মবুঙোন ত'কপিব মতম্‌ য়োরে; তৌইগুম্‌বম্নং নৈবাক্‌কি থবক্‌ লোইদবন মবুংঙোগী থবক্‌ খুং থাব ঙমখিদ্রে। নিংথৌ ওইবগী থবক্‌ অঙকপনি, সিদ্ধভক্তি ওইরব জয়সিংহন, মবুংঙোগি য়াথং ইনম্ন থবক্‌ তৌব ঙম্‌খিদ্রে. নোংম নোংম য়েথোক্‌লক্‌পম চহী তরা শুরক্‌লে। মবুংঙোংগী য়াথং ঙাক্‌নব রাখল্‌পি মতম্‌ ফংখিদ্রে। খেনেম্নব হাংলে, নৈবাক্‌ ইঙ্‌লগরা খল্লবদ শকাব্দ ১৬৯১ দ সিনাইব ঘনশ্যাম, মোইরেংজম্‌ খগীন্দ্র অনীম ঔরা পুরক্‌লুম নৈবাক্‌ কায়রে, চিঙ্‌থংখোম্‌ব ময়াং লোম্‌ চংথ্রে। ইকবারামন্দ নিংথৌ ওইহুন নৈবাক্‌ ঙাক্‌হৌরে অহুগি মতুংদ শকাব্দ ১৬৯২ দ সনা নন্দন ঔরাদ চঙ্‌জহা

কৈবীরাম্‌ হাংলগ কোকিলানন্দবু নিংথৌ শেম্বিরে। কোকিলানন্দন নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক্‌ শেম্‌ব হৌরক্‌প মতম্‌দ চিঙ্‌থংখোম্বন শকাব্দ ১৬৯২ দ ময়াংদগী লাক্লুনা কোকিলানন্দবু তাম্বোক্‌লগ অমুক্‌ নিংথৌ ওইরবে পাউ অদু তাবদ ঔরা লাক্লুনা চিঙ্‌থংখোম্‌ব তাম্বোক্লুনা ভগবন্তবু নিংথৌ শেম্‌লম্‌ই। অদুদগী শকাব্দ ১৬৯৫ দ ভগবন্ত তাম্বোক্লুনা জয়সিংহ মহারাজন নিংথৌ ওইরে। ঔরা অমুক্‌ লাক্‌থিরে। লৈবাক্‌ মরা ওপ্‌না পাম্বদ ময়াংদ লৈহৌব মচা ইবুংঙো ইবেম্মাশিং লওব, রাংথৈদ লৈবাক্‌ শিন্নর্নলগ লেঙ্‌শিন্‌খি। শকাব্দ ১৬৯৭ দ ময়াংদগী লেঙ্‌লক্‌লগ শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌনব থৌরাঙ্‌ হৌরক্‌লে।

মথৌ খঙ্‌ব মীন শোয়্‌ব থবক্ত কনানন্থু ন্নারৌবিদে। অদুন জয়সিংহন হায়নব সোয়বগি শ্রীগোবিন্দন ন্নারৌবিদে। লৈবাক্‌ মরা ওপ্‌না নুংঙাইনা পাল্লে, মনাইনন্থু শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌনিঙ্‌ব মতৌ অদু উরবদ শ্রীগোবিন্দন অহিং অমা মনাইগি মমঙ্‌দ লাক্লুনা নিঙ্‌লক্‌ইব থবক্‌ অদু পাংনব পুক্লিঙ্‌ থওগৎতুনা তাকপিররে, "করিনো জয়সংহ, ঐদি চাদ থক্তনা নঙ্‌বু ঙাইরি, নঙনা রাজভোগ চাদুনা নুংঙাইরি, ঐবু অরাবা অসি কয়া কুইনা খাঙখো হায়বগে"?

অমা করব হোৎনবদ অমারোমদ মাম্বোক্‌প মহৌশানি। লৈবাক্‌ মরা ওপ্পব হোৎনরিবৈদ মবুংঙোগ মরা কাউবঙম্‌ থোকখ্রে। অদুগ নিংথোগ বৈষ্ণব্‌ক অনী অসি লম্‌চৎ

অমত্তনি. অদুমনি ওইরগ শাজংতি মান্নদে। মথোয় অনীমক্ অত্তোপ্‌প অমবু পেলহন্‌ব ওাক্তনি, অমন মীন মানব, অংসুং পেন্নব, অদুগ অমন লাইন চান্নব, অমসুং পেন্নব সেবা তৌবনি। নিংথৌনা থবক্‌ন পাঙ্গল্ থৌনান থাঙ্-টাগি মরক্ত চঙ্‌দুন অকিব. সুংশিব উত্তুন সেবা তৌরগ প্রজা পেলহন-গদবনি; অদুগ বৈষ্ণবাকি থবক্‌ন অচীক্‌পদ অমা অনা মাংদন পুক্নিঙ্ চেংন প্রেম্‌গ ভক্তিগা উত্তুন সেবা তৌজরগা পেলহন্‌বনি। জয়সিংহ মত্তোমতন হিরম্, অনী হোংনবদগী প্রজা নুংঙ ইনব হোংনরিবৈঙদ মবুংঙোগা মাথং থৌওইদবগুম থোক্‌খিবা অদুদ অঙাওবগি পান্দম্‌গুমন্ পুক্‌নিঙ লৈত্তাব ঙম্‌খিদ্রে। মরম্ অদুন অঙম্ অথৌ ব্রাহ্মণ পণ্ডিত পুম্নমক তিন্নদুন ভাসমুখ গিড়িগি ব থন্নবদ অঙোম্ গোপীচন্দ্র পণ্ডিতন হঙ্গংলি, 'ভাসমুখ' হায়বদি মুমংকৌ মমাব মনব মুমংক মায়োকনব হায়বদি নোংপোক্ ওন্‌ব চিঙ্ মায় হায়ব মরম্‌ন নোংমাইজিঙ্‌গী নোংপোক্ থংব চিঙমায়া লৈফম্ থোকই। অদুগ নোংমাইজিংগি নোংপোক চিঙমায়া মুমিংলৈগুম্ নিঙ্‌খিব চিঙ্‌ন কোয়্‌ন লৈনা ওইরগ থেন; লৈমায় ওইব চিঙদি নোংমাইজিঙ্‌গি চিঙ বৈ কাইন থুন্‌গি চিঙয়', লিশুম্ লাক্‌কি ভম্‌য় লাথায় কান্দোং চিঙ্ অসিনি।

গোপীগি মরা হুতুংইমন, লাবণ্যচন্দ্র যুবরাজদ লৈবাক্‌কি থবক্ শিন্নরমলগা মুমিং অকব য়েংদুন ভাসমুখ গিড়িদ শ্রীগোবিন্দ থিব চংলে। ভাসমুখগিড়ি য়ৌরে, শ্রীগোবিন্দগি অঙ্গ গঙ্কা

মৈ লৈ মনমন চিঙ্‌গোল্ অহু থল্লে; তৌইগুমবন্সুং কনা অমতন শ্রীগোবিন্দবু থেংনল্লে। মবুংতো থেংনদবগি সুংতাইতবদা পুম্নমক্ সুংনাগনহুন লৈরিবৈদ লাখায় কান্দোংচিঙ্ তোংবা হাও থয় লাক্লগ শ্রীযুক্ত জয়সিংহ মহারাজদ হঙ্খ্রে, "মহারাজ ইবুংঙো ঙরীবারীন য়েংলিব উচাউ হওব চিঙ্দোঙ্ অসিদ চুম্বং খুদিঙ্গি সুমিংমুংবা মতম্দ য়াম্ন ফজব পাখংমচা মমা ঙৈ। ননাই ঐখোয়্ন মহাকুকি সুংশিব মতৌ অহু উবদ বা হংগে হায়ন থিক্লববসু থেংনদে, হওরিব উ অসিসু মকম হৈদে"। মনাইশিংগি বা অহু তারগা জয়সিংহ মহারাজন য়ঙ্ওবগুম্ চেনশিন্‌খিহুনা ঋতু তক্কী লৈরাংন মতম্‌গুম্ লাংলিব, লৈরাংগী নিঙ্থিব মচু-উবদ চেক্লান নোয়্‌ন খোংলিব, খাইমু মপৈন লৈরাং য়েংন শুংবদ মায়্‌কৈ মরি নিল্লিব কাইন লৈন কোল্লিব, ইংলব মলয়ান হয়নম্ লৈনম্ পুহুন লয়ন লয়ন লংলিব লৈরাং নাচোম্‌ন লৈতেংব উরীন পামেল্ বাংথোইবদ য়ত্তুনা লৈনম কোয়ন য়েল্লিব মকম্দ হয়নম লৈনম্‌ন চুরব্ বরী বারীন থোগল্‌লিব শ্রীগোবিন্দগি মশক্ ওইব থর্‌বোঙ্ অমী মখোঙ্দ প্রেম্‌গি ঈথকুন মৈহুন বাম্বহুন তুপে। মবুংঙো থংনরে মৈতৈ পুম্নমক্ প্রেম্‌গি ঈপাক্ত সুগুনা সংকীর্তন্‌গি থকৃতা ভাউখে।

# জয়সিংহ মহারাজ শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ।

কাইনদ শ্রীগোবিন্দ থেংনরবদ সংকীর্ত্তণ্গি ঈপাকৃত প্রেম্গি ঈথকু কয়া কায়ে, উংসবকি কোঙ্গোল্ কয় তাউরে; সংকীর্ত্তণ গ অনিম মায়কৈ মরি নিন্খে। ব্রাহ্মণ পণ্ডিত চঙ্লুন শ্রীগোবিন্দ পূজা কয়া কংলে। অহুক্তি মতুদ অকব ঝুমিং যেংহুন শ্রীগ জয়সিংহ মহারাজন শিঙ্জঙ্ প ময়ুন মবুংঙোপি থৌগল্ চঙ্জরে ধর্ম্মগি যাথোক্ক লৈবাক ঈরাং হওরিব অহু কোক্হনগে অমম্ মকম্ অসি ইবুংঙোগ অশেংব খুভম্নি থঙ্হনগে হায়হু অহান্ব থাঙ্থা অহুদা শিঙ্জঙ্ যাধুন্দগি ঈঙাংত্তব উহনখে অহুপ থাঙ্মৈ অদূ মকম্ থংদন নোংথাঙ্ কৃষ্ণগুম্ পাইখোকখে মতৌ অদূ উবদ লৈবাক্ পুম্নকন শ্রীকৃষ্ণগি হক্চাং শোক্তন উরাংগ কোন্নন মক্ক যাওন কুক্চরে। মী পুম্নমক্ ঙুংঙাইবা অনৌ অনৌব ঈথক্ কারক্পন সংকীর্ত্তণগি লোইব নাইখিত্রে লৈবাক্ পুম্নমক্ন মপাল্ মরা যাওন সনা কোনুং য়ৌন লিগম লোক্ চিঙ্জেং লাম্বুন পুরক্লে। ঈরিল খোংবা য়ৌরবদ চিঙ্থংখোম্ব মহারাজন অঙম্ অথোব শ্রীগোবি শিন্নরম্লগ কোন্নুংলোম্দ লেঙ্খে।

মহারাজ লেঙ্খে, অঙম্ অথৌ লৈবাক্ চাবন শ্রীগোবি ঈরিল্ ভুরেন্দ লেঙ্থরে। ঈশ্বরগি লীলামীন খঙ্ব ঙম্গে শ্রীগোবিন্দ ঈশিংদ লুপ্খে, লৈবাক্ হওহুন কয়া চিংলে শগ্ অমা লেঙব ঙম্ত্রে। অহুদগি মহারাজদ হঙ্ডুন শ

মাঙৈ চিংবদম্বু লেঙখিল্রে। শামুগ মীগ চঙ্‌ঙুম চিবাক্ত ভগ্‌চন্দ্রহুন মহারাজ লেংথনব হন্সংলুহুন পণ্ডিতশিংগ লোয়নন লেঙলকলে। গোপী পণ্ডিতকি মরা মতুং ইন্দ্র নৈবাকচাব অঙম্‌বন পুঙ কোর্ত্তাল পায়হুন সংকীর্ত্তণ হৌবে, নৈবাক্ মায়াম্‌ন খঙ্গী পায়হুন চিংখ্রে। মতো অস্তুমন সংকীর্ত্তন মাঙদ থাহুন লাক্পন 'বক্ষুপুর কে মুং' মৌখি। উং লম্ব কমব্ উরূপ হায়ন কৌনখি। অদুগ মুদিং অদুদগী হৌন নৈবাকচাব অঙম্‌বগি পালা লিংহুন 'নৈবাক চব পালা' হ মন্ ব্র গোবিন্দগি খোঙাল কংজখি

শকাব্দ ১৬৯৮ গি হিয়াংগৈ শুক্লা দশমী ইরাই মুমিত্ত বক্ষুপুর কোনুংদ শ্রীগোবিন্দ বিগ্রহ শাবা হৌই। ইহান্ নব উরংদ থাব পাইজ অহু মরা ত'রে, খুৎলাই চঙ্‌ল্রে। রম্ অদুম উরাং অহু হন্দোক্লে। মথং অদুদগি মূর্ত্তি রকপদ জয়সিংহ মহারাজন তেখাউদ দর্শণ কংখিবা মূর্ত্তি হু মাংল্রে। মরম্ অদুদগি ইবুংঙোগি মপক্ মায়ব শাবদ গ্রহ অদুম শুখ্রে। অকোনব অদুম ইবুংঙোগি মূর্ত্তি অহু ল্লে। অহানবগি বিগ্রহ অমী অদুম মদনমোহন, গোপী- থ থোল্লে। হঙোইবম্‌ন (মথুরাবাসী ময়ুম্) মদনমোহন্ বা চংখ্রে। অদুগ গোপীনাথন লিংথোখোংগি কালারাজান বা কংখ্রে। মরম্‌দি লিংথোখোংগি কালারাজাগি মমান লোংখিরব মতম্‌দ মহারাজগি সেবা তৌজখিবগি তৌবিমল হুন মান তৌজখিব অদুগী খুদম্ ওইন গোপীনাথগি সেবা

শীরম্বনি। ঙ অহুসি অরেম অহুন বিজয় গোবিন্দ নিত্যানন্দ প্রভু নিরূপন্ তেখি।

মতোন্ ইবুংঙো আনন্তশাই মপীন বিজয় গোবিন্দ সেবা চংখি, অহুগ নিত্যানন্দ প্রভুন নিঙোন্‌গি যুম্‌দ লৈগনি হায়্‌ন তাক্‌পিরম মতুংইন্‌ন মচা ইবেম ভরাম্বম্ ওঁবী তম্ফাসনাদ শীহুন সেবা চংহল্লি।

শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌরে, অভিষেক্‌কি থৌরাঙ্ সোইরে। নুমিং অকব য়েংলগা, শকাব্দ ১৭০১ গি হিয়াঙ্গৈ থাগি শুক্লা একদশীদ লাংথবাল্ সনা কোম্বুংদ অভিষেক্ তৌরে। শ্রীগোবিন্দগি অভিষেক মহোৎসবকি মনিন্‌ন মণিপুর শীন্‌ব থুংলে, অহুগ হরিসংকীর্ত্তণগি ধ্বনিদ পাম্পী লৈব য়াখিত্রে। শ্রীকৃষ্ণগি অথুবা রাস লীলাগি ঈচেন্‌ন পাপ্ পুম্নমক্ তাম্বেক্‌খিহুন গৌরধর্ম্মগী লুবব প্রেমগি ঈপাক লুপ্‌চরে। লৈবাক্ পুম্নমক্ চাব থক্‌প কাউখে; শা লাল্‌গী অরাঙ্‌ব পুম্নমক্ মাঙখ্রে। কাঞ্চিপুরগি লম্‌য়ায়্‌দ রাস মণ্ডলগি মনুংদা নুমিৎ মঙানি অহিং নুংথল অনীদ হরিসংকীর্ত্তণ অমস্তুং রাস লীলান সেংগি-ন্নন কংপদ প্রেম্‌গি ঈপাক তাউহুন লৈবাক্ পুম্নমক্ সেংজরে।

শ্রীগোবিন্দ নিরূপন্ মতম্‌দ ঈমতি রাসেশ্বরী নিরূপণ তৌখিদ। মরম্ অহুন ভক্ত শিরোমণি জয়সিংহ মহারাজক মচা ইবেমা অনুরূপা দেবীবু রাসেশ্বরী ওইন শ্রীগোবিন্দগি চরণ কংচখি। ইবেমা অহুন রাসেশ্বরি ওইন অভিষেক মহোৎসবকী

লুমিং মশানি কংখিব বসন্তরাস, কুঞ্জরাস, নর্ত্তকরাস একোগোপী অমস্তুং মহারাসদ রাসেশ্বরী ওইত্তন শ্রীগোবিন্দগি থৌলম্ব কখিখি। মরম্‌ অদুদগ শ্রীগোবিন্দগী মহারাস ওদি কাওব মণিপুরদ হিয়াংগৈ পূর্ণিমাদ কৎলি। ইবেম্মা অনুরূপাদেবীন শিব কাৎব ময়ুম্‌ পান্‌দন সিজ লাইওংবী হায়্‌ব মমিং অসি কংহন ইবুংঙোগি থৌগল্‌ তৌজখি। শ্রীগোবিন্দগি রাসেশ্বরী নিরূপন্‌ তৌরবদ, শিজ লাইওংবীন মহাকুকিদমক গৌরচন্দ্র প্রভূগি বিগ্রহ অম লিখৎচরগ মহাকুকি মবুংঙোনি হায়্‌ব পক্‌ন "অনুপ্রভু" হায়্‌ব মমিং থোন্নুন শ্রীধাম্‌ নবদ্বীপ্তা মতম ধরা মবুংঙোগী সেবা চংলমলগা নোংপাখি। মহাকুন সেবা চৎচরম্‌ব অনুপ্রভুনা হৌজিক কাওব ইবেম্মা মহাকুকি ভক্তিগি থৃদম্‌ ভাক্তন শ্রীধাম্‌ নবদ্বীপ্ত কাওহুন লৈরি।

জয়সিংহ মহারাজন মতম্‌ কুইনা য়েক্ত তিথং লৈতনা পান্নুন মৈতৈ পম্মমক্ত গৌরধর্ম অসি শন্দোকপা লোইরবদ শ্রীগোবিন্দগি বন্দ বিদায় নিজহুন শ্রীধাম নবদ্বীপ্‌ লোম্‌দ যাত্রা তৌরে। মহিং অমা বিষ্ণুপুর কোম্নুংদ লেকপদ অদ্বৈত প্রভু লেক্‌লক্তন রায়রে "জয়সিংহ নহাক্তি নবুংঙোগী সেবা মতোল্‌ লোম্‌লহন শ্রীধা'ম্‌ নবদ্বীপ চৎকদৌরে। ঐদি নংবু ঙাইহুম, ভুমিং-কাঙ রক্ত নোং—মুংশা থাক্‌হুন লৈরি। ঐদি অদ্বৈত প্রভুনি, ইবু নিরূপন্‌ তৌরগা থা অহুম্‌ মকম্‌ অসিদ সেবা চৎলগ শ্রীধাম্‌ নবদ্বীপ্ত চৎলু"। জয়সিংহ মহারাজন নোংঙান্‌বগ ৎহৈব কৌহুন অদ্বৈত প্রভু নিরূপন তৌরে, মন্দিরমচিংব

কুম্‌থুন লম্যাংদোক্‌লে থা অহুম্‌ অদ্বৈতগী সেবা ফংলরে। মতুং তাগি কুপান লম্‌ অসি শেংবিরবনি হায়বা থন্দূন অদ্বৈত প্রভুন পাম্‌লবা মফম্‌নি খঙ্‌নবা লম্যাংদোক্‌বু বিষ্ণুপুর থোনলরে।

বিষ্ণুপুরদা অদ্বৈত প্রভু নিরূপন তৌরে, থা অহুম্‌ সেবা চংলরে। বৈষ্ণব ওইবা, মশাগী মতম্‌ খঙ্‌বা নিংথৌন, মতম হেন্‌খিগদোরে থন্দুনা অদ্বৈত প্রভুগি চরণ্‌ খুরম্‌লগা নবদ্বীপ চৌনবা লেংলে। নবদ্বীপ য়োবা মুনিং নিপান্‌নি শুবা শ্রীযুক্ত জয়সিংহ মহারাজনা মায়াগি সংসার থাদুনা শ্রীবৃন্দাবা যোগে হায়বা চিন্ময় শরীরনা লেংলে। মহারাজগি মখু খঙ্‌বা নবদ্বীপকি গোস্বামী পুরুষক্‌না "ভাগ্যচন্দ্র" হায়বা মিংথোক্ অসি পীদুনা সংস্কার কর্ম্ম মচিংবা মতোপ লোয়্য তৌরবি।

# শ্রীশ্রী গোবিন্দজিউগী মন্দিরগী যুগল মূর্ত্তি।

( ভাগ্যচন্দ্র আনন্তশাই রাজেশ্বর লাবন্যচন্দ্র, রসরিকা, কুরঙ্গনয়নী, আখা মহারাণী, ব্রাহ্মণশিংনা বেদ পাঠ তৌবা )।

ভাগ্যচন্দ্র উজবা কংজরে ঐগী ইকুংঙো ইবেম্মা অনিগী যুগল মূর্ত্তি। মতম কুইনা বিংজরক্লব, মতম কুইনা ঐগী থম্মোই মন্দিরদা লাকচনা, ঐগী ইবুংঙোগী নিথিজরবা শ্রীমূর্ত্তি ঐগী চর্ম চক্ষুনা উজব কংজরে। পিনবিরে ঙসি মাগী রাতুল চরণ যুগল মনাইবু লানবিগে হাইচনা। যোগীন্দ্র মুনীন্দ্রশিংমা তাঙনা কনব মাগী মখোং থম্মাল অসে, ঐগী থবাক্তা থমজচনা, লানঙমরবা তাইবং সমক্রু লাঙ্গোকপা ঙমজরগনি। হেংউ, খোই-থুম্লবা মাগী মিস্না থম্মাল অসে বিশ্বময় প্রেমগী হোৎনকম্নি। ব্রজগোপীশিংগী পুক্নিং চুনবগী মশক ওইরবা মথেক অহুম থেকপা মূর্ত্তি অসিনা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ডগী সৃষ্টিগী হোৎনকম্নি। ওংবা নবা মখোং থম্মাল অসিনা ভগবতী গঙ্গাগী ধারাদগী হেম্না ইংলবা, জগৎ শিনথুংলবা মহাশান্তিগী পোক্লকম্নি। লাইবক্তা কস্তুরী চন্দননা মধুর প্রেমগী মশক্নি। থবাক্তা ভৃগু পাদচিহ্নমা বিনয়গী তয়্কম্নি। কৌস্তুভ মণিনা সত্যগী মঙালনি। নাসাগ্রদা নবমৌক্তিকনা ধর্ম্মনা অথোইবা লম্নি হাইবা তাকপনি। শ্রীহস্তদা পাইরিবা বন্সুগী রস-রবনা, বিশ্বসঞ্জীবনী হোৎনকম্নি। শ্রীচরণ অসিদা থোগল-লবা নূপুরগী খোজেমা ভক্তিবু ভক্তিবগী মখোনি। লাউ,

নৈবাকমচাশ ! ইবুঙো ইবেম্মগী দর্শণ তৌরে। খোংজেল বাংনা অমুক লাওসি ঐগী ইংংঙোনা জয় হায়না—

"জয় শ্রীগোবিন্দগী জয়"

ময়াম—"জয় শ্রীগোবিন্দগী জয়"

"ভাগ্য-জয়, রাধারাণীগী জয়"

ময়াম—"জয় রাধারাণীগী জয়"

ভাগ্য-মাগী নাম শ্রবণ তৌহনা, স্মরণ তৌহনা বন্দনা তৌহনা মাবু নিংলগা ঐগী ইবুংঙো ফংই। চুম্না পাদ সেবন তৌবনস্থ ঐগী ইবুংঙো ফংগনি। অর্চনা তৌহনা নিংলবস্থ মহাকপু ফংই। মাগী মনাইনি থল্লবস্থ মাবু ফংই। মরুপনি থল্লবস্থ মাবু ফংই, থনাই অসি মাঙোন্দা কথোক্লবস্থ মাবু ফংগনি নিংথৌ ওইবা, মণি মুক্তা ইনাই ইশল মিংচৎ ঐ করিমত্তা পামজত্রে। মাগী পাদ পদ্মদ হকচাং পুম্নমক কথোকচবনা ঐগী চরম উদ্দেশ্যনি ইমা ইমা, হরাওরো, নুংঙাইরো লাইবক ফবা ! ইমাগী নত্তম্বাক্তা ঐগী ইবুংঙো ইবেম্মগী যুগল মূর্ত্তিনা ঙাম্মোইবরে। ঙসি নচাগী নিংবা থুংজরে। রসরিকা ; কুরঙ্গনয়নী (মথুং শয়রহনা) মহারাজ রাজেশ্বর ; লাবন্যচন্দ্র চংলকউ. ঙসি শুভদিন অসিদা মথোইগী মথুত্তা মাতৃ মূর্ত্তি অনিসি নথোইদা কংলবনি। রসরিকা লাবন্যচন্দ্র ; মথোইগী মথুত্তা, ঐগী তুংশিরব ইমা. মণি পোকপী মণিপুরসে শিন্নরবনি। ইমাবু রক্ষা তৌবদা কথবায় পাম্মুগদু অনিমস্থ নরৈবাক্তা হল্লো। স্বর্গদেব. নংগী থৌজান্দগী ঐগী উদ্দেশ্য সিদ্ধ ওইবনি। নংগী তৌবিমলগী

মশক ওইনা ঐগী লৈবাক্কী লন অশেংবা ঐগী ইচানুপীসে নংগী নকমদা প্রেম ওইনা উপহারগী কচ্চরবনি। মতম কুইনা মণিপুর অমসুং অসাম হাইবসে ভারতকী তুংগী ইতিহাসতা মরি লৈনহৌরসনু। চুসি নখোইগী মিলন মুমিৎ অসিদা ঐনা তাক্লগনবনি নুপীবু ইকাইখুম্নো নুপীগী মর্য্যাদা থুগাইগনু, নুপীবু সম্মান তৌরগা ইথা নুংশিবা মশক থংবনি। ইমাবু নুংশিরগ মাতৃভুমিগী সেবা তৌগনি। মাতৃভুমিগী সেবা তৌদনা তাইবংপানবগী মবুংপোগী চরণ কংবা য়াদবনী।—

"জননী জন্ম ভুমিশ্চ স্বর্গাদপী গরীয়সী"

হয় হয় অসি মতম পুম্নমক্তা কাওরোইদবনি।

অনন্ত - য়েংউ তাইবংপান! অসি পুন্যগী মশক ওইরবা হরিগী মন্দিরদা পুণ্যগা লিংখৎরবা অভিনয় অমা তৌরিবসে। লাউরে, খোজেলসো:-

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী জয়"

ময়াম—"জয় রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী জয়"

অনন্ত—"জয় মহারাজ রাজেশ্বরগী জয়"

ময়াম—"জয় মহারাজ রাজেশ্বরগী জয়"

অনন্ত—"জয় মহারাজ লাবন্যচন্দ্রগী জয়"

ময়াম -"জয় মহারাজ লাবন্যচন্দ্রগী জয়"

---

লোইরবা